# করি মাঙখ্রে

# করি ফংখ্রে

অটল বিহারী বাজপেয়ীজী : মতিক মতম অমদি শৈরেংশিং

সম্পাদক: কন্হৈয়ালাল নন্দন

মণিপুরীদা হন্দোকচবা : এস নন্দকিশোর সিংহ



অটলজীনা খল্লি মদুদি সাহিত্য অমসুং বাজনীতিগী তোঙান তোঙানবা মফম (কাখল) লৈতে, অদুগা কবিগুম্বদা কনাগুম্বা সাহিত্যকাবনা বাজনীতি তৌববদি মহাক থোইদোক্লা মবূকচেল শেংবা ওইগনি, ওইসু ওইগনি। হৌখিবা মতমদা মহাক্লা মসিমক তৌদুনা উৎখ্রবনি অদুগা ইবৈবাক অসিখক্তদা নত্তে, মালেম পূম্বা ঙকহন্নখ্রবনি। মহাক্লা উহনখি মদুদি—

কবি প্রধান মন্ত্রীমক শান্তিগীদমক নোংচুপ অমসুং নোংপোক মায়কৈশিংদা বসতা চত্তুনা অবাবা খাঙবা ঙম্মী।

লান থোক্লক্রবদসু পূক্রিং খুদুম চনশীল্লগা সুপ্নতগী অদুগী মতেংনা লালখক্তা ঙম্বতা নত্তনা মালেম পূম্বগী থাগৎপসু ফংবা ঙম্মী।

কবি প্রধান মন্ত্রী মহাক্লা মীখলগী মৈখুলক্তা চাং মান্নবগী পাউতাক তত্তনা পীদুনা লৈবম্মী, অদুগা মদুদা পোম্বা মায় পাক্লবসু অমুক হন্না তোৎন-তিন্নদুনা থবক তৌনবগী থৌনা পীবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না মহাক্লা বাজনীতিগা লোয়ননা কবিতাবুসু অনৌবা মায়ওন অমা পীবগুম্না ফোঙদোকই।

য়াম্নবা চহী কয়ামুক্কী অমংবা নোংলক্তা অকা-অকুম কয়া তৌববা মতুংদা ঙসি অটলজীনা মবা চেৎপা সবকাব অমা থম্বদা মায় পাক্লে। তাঙ্গা অসিদা অনৌবা মিৎয়েং অমদা মহাক্কী কবিতাশিং পাবসি তশেংনমক পূম্নমক্কী থোইদোক্লা কান্নবা ওই। মসিদা লৈবে মহাক্কী মিংচৎকী ওইবদগী খনগৎলবা শৈবেংশিংসিনা সুপ্নতগী অদোমবু বসনা নুংঙাইহনবতা নত্তনা খম্মহনবসু তঙাইফদবা ওইহল্লি। অসিগা লোয়ননা অটলজীগী শক্লোন য়াম্নবা মতিক-মগুন্দা কন্হৈয়ালাল নন্দনজীনা পাক-শন্না নৈনবগী মশক ওইববা খুৎই মহাক্কী মশাগী ওইবা থোইদোকপা শৈলীদা।

---

অটলজী৹
তোঙান তোঙ
কবিগুম্বদা কনাং
মহাক থোইদোঃ
ওইগনি। হৌখিবা
অদুগা ইবৈবাক
গুকহনম্রবনি। মহা
কবি প্রধান
নোংপোক মায়কৈ
লান থোক্লর
অদুগী মতেংনা লা
থাগৎপস্ ফংবা গুর্
কবি প্রধান ম
মান্নবগী পাউতাক ত
পোল্লা মায় পাক্লবস্
তৌনবগী থৌনা পী
বাজনীতিগা লোয়নননা
পীবগুম্মা ফোঙদোকই
য়াম্নবা চহী কয়াম্
কয়া তৌববা মতুংদা গুঁ
অমা থম্বদা মায় পাক্লে
অমদা মহাক্কী কবিতা
থোইদোক্লা কান্নবা ওই।
ওইবদগী খনগৎলবা শৈ
বসনা নুংঙাইহনবতা ন
ওইহল্লি। অসিগা লে
য়াম্লবা মতিক-মগুন্দা কৈ
নৈনবগী মশক ওইববা
থোইদোকপা শৈলীদা।

---

# করি মাঙ্ত্রে, করি ফংত্রে

---

অটল বিহারী বাজপেয়ীঃ মতিক মগুণ অমদি শৈবেংশিং

ফোঙবা : ২০০৮
কোপী মশীং : ৫০০
হন্দোকচবা : এস নন্দকিশোর সিংহ
অফোঙবা : মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, ৱাংজিংগীদমক
মমল : লুপা ১৮
হক খুদীংমক হন্দোকচবিবগীনি।

নম্ফম: সিরোই ওফসেট প্রিন্টার্স, থৌবাল কৈথেল, মণিপুর।

# করি মাঙ্‌খ্রে
# করি ফংখ্রে

## অটল বিহারী বাজপেয়ীঃ মতিক মগুণ অমদি শৈরেংশিং

সম্পাদক ঃ কহৈয়ালাল নন্দন

মণিপুরীদা হন্দোকচবা ঃ সম্বান্দুবাম নন্দকিশোর সিংহ




মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা
বাংজিং

# "ক্যা খোয়া ক্যা পায়া"
## অনুবাদ তৌববা লাইবিক অসিগী মবমদা

"ক্যা খোয়া ক্যা পায়া", অটল বিহারী বাজপায়ীজীগী কবিতাশিং খোমজিন্নগা শ্রী কহৈয়ালাল নন্দননা সম্পাদন তৌদুনা ফোঙদোকপীরব্বা লাইবিক অসিগী শ্রী সম্বান্দুবাম নন্দকিশোব সিংহগী অনুবাদ শাজবে।

অনুবাদ লাইবিক অসিগী হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাকবদা অটল বিহাবী বাজপায়ীজীগী কবি অমা ওইরম্বগী মথক্তা বাজনীতিগী লূচিংবা অমা ওইবমদুনা ভাবতকী প্রধান মন্ত্রী ওইবমখিবনিকো খল্লুবদা অঙকপা অমা ফাওই।

অশুম পাবকপদা থেংনৈ, "তশেংবদি অসিনি মদুদি কবিতা অমসুং বাজনীতি অনী অসি চৎমিন্নবা য়াদে"।

"সাহিত্যাসি লৈবাক্কী ব্রায়েল থৌদাগী মকোক ওইবিবশিং ফাওবা লাকশিন্নবগী মওং তাববা খৎলাই অমনি নীংই। শ্রী কহৈয়ালাল নন্দননা সম্পাদন তৌববা ওজা নন্দকিশোব সিংহগী অনুবাদতা থেংনৈ।

বাজপেয়ীজীনা পাউখুম্নকখি— "সাহিত্য অমসুং বাজনীতিগা কবিগুম্বদা তোঙান তোঙানবা মফম লৈতে"।

কবিগুম্বদা কনাগুম্বনা সাহিত্যকার অমনা বাজনীতি তৌবা তাববদি মহাক খোইদোক্লা অশেংবা মীশক ওইগনি।

বাজপেয়ীজীগী শৈরেংশিং অসিদি অচেৎপা নীয়ম অমগী মতুংইন্না থম্মোয়গী ইহল অম ছন্দ নাইনা ফোঙদোকই হায়বদা খোইনা লান্দে।

চুম্না হায়ববদা শেল্লক্তদুনা শৈরেং ওইনা হায়দোরকপনি হায়বা য়াই। কলানা থবায় ওইবা মওংদা লৈতেংলবা মীওইবগী বাখলবু ফোঙদোক্লিবা লোল অসিবু ঐখোয়না কবিতা হায়না কৌনবিবনি। বাজপায়ীজীগী মশাগী শীথোরকপা মতিক মগুণ অদুনা মানা অচৌবা ওইবগী থায়দগী অথোইবা মবম ওইগনি। হায়নবা অমা লৈ, "The poets are not only singers, but also leaders". অসুম্না অফাওবা কবি অমা ওইবগী মথক্তা লৈবাক্কী সাশন্দা লূচিংবীদুনা প্রধান মন্ত্রী অমা ওইবব্বা মতমদা মীওই কয়াগী ঊনা মাগী মখুৎ শঙজিল্লমগদ্রা?

ঐগী লৈকায়গী চান্নববা মকুপ অমনি। অঙাং ওইবিঙৈদগী তিন্নবক্কবা ঐগী মকুপ শ্রী সম্বান্দুবাম নন্দকিশোব সিংহ লমদম অসিদা হিন্দীগী ভাষাদা খণ্ড-হৈববা ওজা অমা ওইবক্কবনি। ওজা অসিনা শ্রী অটল বিহাবী বাজপেয়ীজীগী "ক্যা খোয়া ক্যা পায়া" কবিতাগী লাইবিক অমা মৈতৈলোলদা অনুবাদ তৌবীদুনা অব্বাব্য থৌদাং অমা লৌবীবা অসিমক মৈতৈ লৈবাক্কী সাহিত্য লৈকোলদা শাংহন্নবা হোৎনবগী চাউববা থৌদাংগী খুদম অমনি।

চহী যাম্লবা মতাং অসিদা নুংশিববা ওজানা মশা ঙমদ-ঙমদনা লোংনা হীপথবগা শৈবেংশিং অসি অনুবাদ তৌনবা বোই কলম পায়দুনা ইবকপগী বাহৈ তাবদা থম্মোয়দা নুংনাংবা পোকই। তৌদবা য়াদে হায়বগী থৌনা অমা উংলি। ওজানা সাহিত্যবু পামজবগী অচৌবা ঈহল অসিনা ঙসি মণিপুবী সাহিত্য প্রাচাববক সভা, বাংজিংগী সংস্থান অসি মীবক তিনবা ঙমজবিবনি।

ওজাগী মশামক্কী হকচাংগী নুংঙাইতবা লৈবদগী মপানগী লমদমশিং ভেলব, দিল্লি, পঞ্জাব অমদি গুবাহাতিনচিংবা মফমশিংদা চৎলুববনি। অদুবু সাহিত্যগী মবমদা পুকচেল শেংদ্রবদি সাহিত্যগী থবক অমতা ঙমদেকো হায়বগী বাখল্লোন অসিনা মাগী হকচাংগী অনাবা কয়া নমথদুনা থম্বা যাল্লি।

অবোইবদা, ওজানা বাজপেয়ীজীগী "ক্যা খোয়া ক্যা পায়া" গী শৈবেংশিংগী লাইবিক অমা মৈতৈলোলদা অনুবাদ তৌবীবম্বা অসিমক্তি সাহিত্যকাবশিংনা কাউবা ঙম্লবোই। মতৌ তমজনবগী মশক ওইবগনি। ঙাইহাক ফম্মিন্নদুনা হকচাংগী ফীবমদা শান্নখিবগী বাবী থক কাউবা ঙম্লোই। ঈশ্ববনা মকুপকী পুন্সি নুংঙাই য়াইফবা অদুগা লৌবিবা থৌদাং অসিগীসু চপ-চাবা মহয় ফংবা ওইরসনু হায়না হন্ন-হন্না ঈশ্ববগী মফমদা প্রার্থনা তৌজবি।

*এন ইবোতোম্বী সিংহ*

*প্রসিদেন্ট*

*মণিপুবী সাহিত্য প্রাচাবক সভা, বাংজিং*

*বাংজিং*

*আগষ্ট ২, ২০০৮ ইং*

# লাইরিক্কী মরমদা খরদং

শ্রী অটল বিহারী বাজপেয়ীজীগী কবিতাশিং খোমজিল্লগা শ্রী কহৈয়ালাল নন্দননা সম্পাদন তৌদুনা ফোঙবা "ক্যা খোয়া ক্যা পায়া" হায়বা লাইরিক অসিগী ওজাগী অনুবাদ পাজরে। চাউরবা ভারতবর্ষ অসিগী প্রধান মন্ত্রী অনীরক ওইরীবন্নবা শ্রী বাজপেয়ীজীগী থম্মোয়নুংদা চেল্লিবা কবিতাগী ঈচেলগী নীংথিবা মশক অদো মণিপুরী রূপান্তর অসিদগী ফনা নীংথিজনা ফংই হায়জনীংই। ভারতকী রাজনীতিগী লুচিংবা অমগী রাখল তরাই তরাইদে, কবিত্ব শক্তি চেনবা অমদি পুক্নিংগী রাখল ঈচেল ফোঙদোকপা ঙম্বা মীগীনা মাগী অইবদগী খঙবা ঙমই; অদুগা কবিত্ব শক্তি রাংশা লৈবাক্কী অশেংবা লুচিংবা পুন্নমক বাজপেয়ীজীগী থম্মোয় ঈহুল অসুম্না ফাওবমগনি খল্লুবদা মখোয়দা শ্রদ্ধা ভক্তি থমজে।

ওজা নন্দকিশোরগী অনুবাদ থাগৎচনিংই। কবিতাশিং অসি মণিপুরীদা হন্দোক্লবা হোৎনবদা লৌরীবমগদবা শিক্ষা অমদি হোৎনবা তরাই তরাইবা নত্তে হায়রসি কবিতাশিং অসি পাবগা খঙজে। খজিক খরাক হোৎনবগী মমি নত্তে, থরায় হকচাং লৃপ্পা হোৎনবিবগী ময়েক লাবরা শক্তম উবা ফংজে। ফজবা লোনশেম, ফজবা রাহে, ফজবা রাহে-খোঞ্জেল ময়াম অমা থেংনজবদা হেন্না নুংঙাইবা পোকচে। মসিনা হিন্দীদা লৈরিবা, ফংলিবা সাহিত্যগী ঈচেল অমদি থাক্কী মশক মওং খঙহনবদা অচৌবা মতেং অমা ওই। কনাগুম্বনা অনুবাদপু হম্বুবা মীৎয়েংদা য়েংবা য়াই; ঐদি অদুম্না য়েংজনীংদে, অনুবাদনা ঐখোয়গী পুক্নিং লৌশিং চাওখৎহল্লি; গ্রীস, রোম, পার্সিয়া, ইজিপ্ত, চাইনা, ইন্দিয়ানচিংবা পৃথিবীগী অঙনবা সভ্যতাশিংগী অঙনবা মতমগী রারী লাইরিক ঙসিগী মীরোললনা খঙনবা য়াবা লোনদা অনুবাদ তৌরকপদগী পৃথিবী অসি জ্ঞানগী মহাসাগর ওইরিবনি। অনুবাদনা, জ্ঞানবু মফম অমত্তদা তৃংশিন্দুনা থম্বগী মহত্তা নুমিৎনা মৈশা মঙাল য়েনবগুম মফম খুদিং শীনবা থুংনা য়েঙ্খোকই। অদুনা অনুবাদকশিংবু তরাইনা খক লৌবা য়ারোই। লৌশিং মঙাল য়েনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা, মীওইবা কাওলূপকী য়াইফনবা হোৎনবিবা মখোয়শিংগী মনুংদা অনুবাদকশিংগী মফম থাক রাংনা লৈ হায়জনীংই। মরম অসিদগী ঐনা ওজা নন্দকিশোর সিংহরু থরায় হকচাং য়াওনা থাগৎচরি। ঈশ্বরনা অদোমগী য়াইফব্বা, পুক্তি নুংশাংবা অমদি মঙ্গল ওইবা শীনবীসনু।

*ইম্ফাল*
*জুলাই ১২ (কাংলেন), ২০০৮ ইং*

*বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মা*
*প্রসিদেন্ট*
*মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল*



**N.C. Jhingta**
Secretary to Shri Atal Bihari Vajpayee

नई दिल्ली
31 जनवरी, 2008

प्रिय श्री सिंह,

श्री अटल बिहारी वाजपेयीजी, पूर्व प्रधानमंत्री को प्रेषित आपका पत्र प्राप्त हुआ, धन्यवाद। आप माननीय वाजपेयीजी की कविता क्या खोया, क्या पाया का मणिपुरी भाषा में अनुदित कर प्रकाशन कर सकते हैं। उन्होंने इसकी सहर्ष स्वीकृति दे दी है।

श्री वाजपेयीजी ने आपको अपनी शुभकामनाएं प्रेषित की हैं।

शुभकामनाओं सहित,

भवदीय

(एन. सी. झींगटा)
सचिव, पूर्व प्रधान मंत्री

श्री एस. नन्द किशोर सिंह
वांगजिंग एस.के. लैकाई
पोस्ट - वांगजिंग - 795 148
मणिपुर

# হন্দোকচরিবগী ৱারোল

শ্রী অটল বিহরী বাজপেয়ীজীনা ইবা '*ক্যা খোয়া, ক্যা পায়া*' মিংথোনবা *শ্রী কন্হৈয়ালাল নন্দনজীনা সম্পাদক ওইদুনা* ইং ১৯৯৯ *দা ফোঙ্খিবা* কবিতা ৬১ য়াওবা লমায় ১৩৩ পানবা শৈবেংগী লাইবিক অসি পাক-পাকন্বগা ঐগী পূক্লিংগী অশোনবা কয়া মাঙ্হনখি। অদুনা মবম ওইদুনা লাইবিক অসি মণিপুরীদা হন্দোক্লিংবগী ৱাখল অমা কল্লা ফাওবকখি। খল্লি কয়াবক হন্না, ওইগদবা, ওইবোইদবা? হংজখি পূক্লিংদসু কয়াবক হন্না...

পীবকখি পাউখুমঃ 'ওইবোই, মবমদি— বাজপেয়ীজীগী কবিতাগী ছন্দ তাবা ঙম্লোই, মদুনা মবম ওইদুনা ফজখ্রবা কবিতাশিংদুগী মহাও মাঙ্হনবা তাবোইদ্রা'? থম্মোয়গী পাউখুম'সিনা অচুম্বা ওইবনা ঐহাক খূৎ পাক হেক থাবা ঙমখিদে। অচুম্বমক্তি বাজপেয়ীজীগী কবিতাদনা পদগী অবোইবদা বে-বে, শে-শে তাবে, অদুগা ঐনা হন্দোকপদনা দা, তা, তাবে। অদুনদি মীগী ফজবদু ঐনা মাঙ্হনবা তাবে। ৱাখলসিনা মতম কয়া অমা হৌহনখবে। খল্লি, খনবদি লেপ্তে। কনাগুম্বা অনুবাদকনা অনুবাদ তৌদুনা ফোঙ্খিবা কয়াদা মান্নবসু য়াওই, মান্নদবসু ময়াওই। ঐসু ঙম্মখৈ হোৎনদুনা য়েংলগে খল্লে। ঐনা খল্লিবা ৱাখল, তশেংনমক 'অঙাংনা লিন কিদে' হায়বদুমক থোক্লবনি। খল্লি মসিসু পুন্সিগী চাংয়েং অমনি। কিদুনা শুম লৈববদি নোংমদি পাঙথোক্লাদা খংদুনা শিবসু য়াবিবনি। মতাঙ্সিদা নীংশিংলকই--- বাজপেয়ীজীগী কবিতা, কবিতাদুগী মতেক অমতংঃ "মীওইবনা তৌগদবনি মদুদি, মহাক হোৎনৌ/ওইবকইবা ফিবমশিংগা লাল থেংনৌ/মঙ্ অমা মঙ্গ্রেম্লম্রবসু/মঙ্ অমা অমুক তম্মু।"

কবিতাসিনা ঐঙোন্দা অনৌবা থৌনা অমা হাপ্লীরে। 'হোয়দা ঐনা নহানি হায়দুনা মায় পাকপা-পাক্তবদা ইকায় ফিকক খুমগদৌবসু নত্তবসিদবু' হায়দুনা কল্লা হোৎনজবদগী ইং ২০০২ দা অনুবাদ তৌবা লোইবে। ওথোকপনি' 'মীনা নিঙ্বনা অমা, লাইনা তম্বনা অমা' হায়বদু ঐঙোন্দা থোক্লরে। মতম'দুদা মল্লবা ঐগী থৱায় চেক্লাগী পোল অসিদগী থৱায় চেক্লানা পাইথোক্লবা লেপ্লা লৈতনা কল্লা হোৎনবক্লে। মচাৗ্লা কক্-কক্ পয়া খবা চীকথৎ, ই খবা চিংথ। পোল অসি শেমজিল্লগা চহী মঙা-তরাদৎ খাঙ্নবা

য়াগদ্রা খন্দুনা পঞ্জাপ্তা চৎপা তাখি। থা অহুম/মরি লৈকবগা মণিপুরদা থোক্লক্লে। মতমদুদা ইবা পূমলোই লোইদুনা উপু মনুংদা লৈরিবা "সৌবজগৎকী লৈঙাকলোন" না ঐঙোন্দা পাউশাবা অমুক হৌরক্লে। 'ঐদি নহাক্কী অশেঙ্বা কল্পনাদগী মিতম্বনি, ঐবু হান্না তাইবঙ ফাওহনবিয়ু। বাজপেয়ীজীগীদি লেঙ্দনা লৈবগদৌবনি'। বাফমসিসু অচুম্বনি, মীচানা ইচা শাবা য়াদবগুম। ওইবে ঐহাক মতমদুদা নুঙ্ অনীগী মরক্তা হা. .

পঞ্জাপ চৎলুবগী খূৎ তত্তুনা উপায় অমতা লৈতদুনা চহী অমা অনীদি মীবোৎকুম লৈবে। মীবোৎ ওইদুনা লৈবিঙে মতমসিদা উর্দুগী অফাওবা কবি 'কৈফী আজমী' দা মঙ্ তমদুনা লৈরে। মদুসু উচিন-নাচিন অনুবাদ তৌবদি লোইববনি। ইং ২০০৮ অসিদা বাজপেয়ীজীগা শক খঙ্নজবগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা মহাক্না ইবা কবিতাগী লাইরিক অসি মৈতৈলোন্দা হন্দোকচদুনা নম্বা লোইবে। ঐনা হায়জবা মতমগী মনুংদা নম্বা লোইবিবগীদমক সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্সকী মেনেজর অমসুং মহাক্কী স্টাফ পূম্নমকপুসু থাগৎচরি। মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, ৱাংজিংনা লাইরিক অসি ফোঙ্বিবগীদমক হন্না হন্না তৌবিমন খঙ্বা উৎচরি। লাইরিক অসিদা অরান-অহুই য়াওববা মদু পূম্না হন্দোকচবিবা ঐগী অশোনবনি খনবিগনি। ঙসি লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা অমদি মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা খুদোল তমজবি।

হন্দোকচবিবা
সম্বান্দুবাম নন্দকিশোর সিংহ
ৱাংজিং

# মথং-মনাও

*বাহৈদোক*

ভাবতকী গুণ্ডুন-শক্লবা চংনবী লোলগী অণ্ডকপা কবি

*কবিতাশিং*

# ভারতকী ঙাঙ্‌ন-শক্লবা লোনগী
# অঙকপা কবি



ঐগী ৱাফম টেলিফোন্দা ৱাবী শানবা অমদগী হৌজবি। কোলকাতাদগী পণ্ডিত বিষ্ণুকান্ত শাস্ত্রী দিল্লীদা লাক্লম্মী। মহাক্না দিল্লীদা লাকপগী থোইদোকপা মবম অসিগীনি হায়বা কবিসু লৈতে। মহাক অয়াম্বা মতমদা দিল্লী-কোলকাতা চংথোক-চংশিন তৌদুনা অদুম লৈ। মহাক মহাক্কী পার্টিগী ভাইস প্রসিদেন্টনি, অদুগা সংসদকীসু মেম্বর— এম. পি. নি। নোংমা ইখঙ্-খঙ্‌হৌদনা অয়ুক্তা ঐঙোন্দা ফোন তৌবকই:

"নন্দনজী, ঙসিদি নঙোন্দা অৱাবা খবা পীবা তাবে। অদোম ঐগী নাক্তা লেঙ্‌লকপা তাই। অদুগা ঐনা নঙোন্দা পোৎ অমা পীগনি মদুদগী অদোমগী পুক্নিং নুংঙাইবা ওইগনি", শাস্ত্রীজীনা হায়বকখি।

বিষ্ণুকান্ত শাস্ত্রীজী ঐগীদমক্তদি মতম লৈবা খিবিক্তা ইকাই খুম্নজবিবা মীশক্নি। লাইবিক হৈবা মীবু ভাব তাহনবা, ৱাখল লৈবা, পুকচেল চাউবগী তুংনফম্নি। ৱাহৈশিংদা থাজবা থম্বা, লোন্দা ইনাক খুনবা, লোনবু ফজনা শীজিন্নবা হৈবা, ফজবা কবিতাশিংবু নৈনবদা অফাওবা ক্রিতিক্নি। অফাওবা কবিশিংগী ফজববা কবিতাশিংগী মরমদা শাস্ত্রীজীগী মচীন্দগী ঙাঙ্থোক্লকপা তাবদা অঙকপা ৱাখল্লোন অমা ফংবগা লোয়ননা মতম হৌখিবা খঙ্‌হৌদে। মহাক্কী ৱাঙাঙ্‌দি স্বরস্বতী ইমাগী ববদান ফংলবা অমগুম্বই।

ঐনা ঐগী চংনলোনগী নিয়ম কয়া ঙাকচববগী তুংদা মঙোন্দা তকশীনজবগা লোয়ননা ৱাফমসি খঙ্‌বা পামখি মদুদি মতম অসুক কুইববগী তুংদা ইখঙ্-খঙ্‌হৌদনা অসিগুম্বা "অৱাবা পীবগী" ৱাফম শাস্ত্রীজীনা করম্না খল্লকইবা? ৱাফম অদু খঙ্‌ননবা ঐসু অঙম্বমখৈ হোৎনজখি, অদুবু

বিষ্ণুকান্তজীনা ৱাফম অদু শেংদোকপীবকখিদ্রে, অদুম ওইনমক ঐঙোন্দদি খঙ্নিংবা অমুক্তা হেন্না হেনগৎলকখি। ঐবু অদুগুম্বা খঙ্নিংবা অমসুং ইকাই খুম্নবিবকপা অদুনা মবম ওইদুনা ঐনা হান্না লেপলম্বা থবক থৌরমশিংগী মতম ওল্লোকচবগা বিষ্ণুকান্তজীগী মনাক য়ৌবে। ঐনা হেক য়ৌবগা বিষ্ণুকান্তজীনা ওদিয়ো কেসেট অমা পুবত্তুনা ঐঙোন্দা পীরে অদুগা হায়রকই:

"মসি অদোম্না তারবা অদু ওইববদি নুংগী ওইবা নুংঙাইবা অমা ফংগনি হায়না ঐনা থাজজে মবম অসিনা ঐনা অদোম্বু কৌজবনি। ঐনা খঙ্ই মবমদি মসিদগী অদোম্না নুংঙাইবা শোয়দনা ফংগনি" কেসেট অদু শ্রী অটল বিহারী বাজপায়ীজীগী কবিতাশিংগী মশামক্কী খোঞ্জেল্নি। ঐনা ঐগী গাড়ীদমক কেসেট অদু ওন্ তৌবে অদুগা অটলজীগী কবিতাশিংদু তাবা হৌবে:

*নুমিৎ চপ য়ুংবমক্তদা পূম্মম্ মন্নবা,*
*কোবৌহনবনা মঙালদা মায়থীববা।*
*ফোঙদোক্লসি থম্মোয়নুংগী নুংশিবা,*
*মুৎথ্রবা দোসী চুখৎমিন্নসি,*
*লাকও অমুক হন্না থাউমৈ থানগৎমিন্নবসি।*

মখোয়শিংদুনা মঙোন্দগী কবিতাশিংসি তাববা মখোয়না নিংখিজনা খঙ্ই মদুদি মহাক্না পাথোক্লকপগী মওং অসুক্কী মতিক নুংশি অদুগা থোইদোক হেন্দোক্না মগুন চেল্লি মদুদি তাবিবা মী অদু কবিতা অদুগা অদুম চেস্থমিন্নখি। মবম অসিনা মহাক অর্থ অসিদা লৌবগা ভাবতকী গুণ্ডন-শক্লবা চৎনবী লোনগী অঙকপা কবিনি। *'হৌজিক মতমগী শুমহৎলাংদা লাক্লদৌবিবা হয়েংবু কাউগনুনি। লাকও অমুক হন্না থাউমৈ থানগৎমিন্নবসি'* .. মহাক্কী ৱাহৈগী ফজবদা ঐসু তাউথখবে। ঐ নীংশিংলকই মহাক্কী ৱাহৈ— "ঐগী কবিতাদি লানগী খোল্লাওনি, মায়থীবগী ৱাহৌদোক নত্তে, লানথেংনবিবা লানমীগী মায়পাকপগী ৱাশক্নি। মদু নীংবা কায়বগী খোঞ্জেল নত্তে, ইশানা ইশাবু থাজজবগী, মায়পাকপগী খোল্লাওনি।"

কবিগুম্বা অদোম্না মায়পাকপগী খোল্লাওগী অশেংবা ঈথক্কী খোঞ্জেল তাবা তাববদি মহাক্কী ঈশৈ অদু নীংশিংবা তাই। মদুদা মহাক্না তৎলবা তারাদগী থোক্লকপা বাসন্তী স্বর তাই, নুঙ্গী থম্মোয় থিনগায়দুনা চোংখৎলকইবা

অনৌবা ময়োল উবা ফংই অদুগা উই নোংপোক চীংখৈদা ভাস্ত্রান্নববা কোবৌগী মশেক-মণ্ডালঃ

*কেনখ্রে নাপু মচুগী উনা পূব্বা।*
*খোংলি কোকিলনা অহিংদা।*
*উই নোংপোক চীংখৈদা ভাস্ত্রান্নববা কোবৌ মশেক-মণ্ডাল*
*শকই অনৌবা ইশৈ।*

*কায়খ্রবা মণ্ডলানশিংগী*
*তাবিনি কনানা অরা' মীকপ*
*থম্মোয় খায়দোক্না অরাবনা*
*লেপলে মিংমাণ্ড্দা চপ্-চপ্।*

*"মায়থীবেসু খল্লোই, লানথেংননবা নৌনা শেম-শাগনি।*
*অশিবগী লাইবক্তা*
*ইশিল্লি মৃৎথৎলি*
*শকই অনৌবা ইশৈ।"*

কালগী মবাইবক্তা অনীংবা রাহৈ ইশিনবা মৃৎথৎপগী রাশক লৌবগা চৎলিবা অটলজীদা মায়থীবগী রাখলদি ভাবনা শাজিনবফাওবা ওম্মোই।

ঐ ইশামক ওকখিবম্মী ঐনা ইহান হান্না মাগী রাহৈ তাখিবা মতমদুদা 'ঐগী কবিতাদি লানগী খোল্লাউনি, মায়থীবগী রাহৌদোক নত্তে।' ঐহাক খণ্ড্বা ওন্নমদে মবমদি মহাক্না মায়থীবগী রাহৌদোক্কী মবমদা কবিগী নৈর্নাববনো। অদুবু রাফম অসিদগী মহাক্কী গদ্যগী অশেংবা শক্তম তশেংনমক মাণ্ড্দা লাক্লেঃ 'মদু মায়থীববা লানমীগী নীংবা কায়বগী খোঞ্জেন নত্তে, লানথেংনবিবা লানমীগী মায় পাকপগী রাশক্লি।' অনুপ্রাশকী মণ্ডালনা লৈতেংলা শীংনবিবা কাব্যগী শকতম। গদ্য মশামক্তদা কবিতাগুম্না থোং নৌবা' চেঙ্খবক্লিবা ঈশিংগী ঈচেল নাইবা মতৌগুম খোঙ্জেল কনবা' ঐনা নীংই মদুদি বাজনীতিগী পাক চাউববা মফমসিদা অসুক্কী মতিক ফজববা গদ্য লোহিয়াগী মথংদা অটলজী খক্তদগী তাবা ফংই। প্রমাণগীদমক্তা ঐনা

লোহিয়াজীনা "কৃষ্ণ" গী মরমদা ইবা নিবন্ধ মাঙ্দা থন্নগা চংপা পামজে অদুবু অটলজীগী পুন্সিগী মরমদা ইবা মদু মাগী লাইবিক "ন দৈন্যং ন পলায়নম' দা ডা. চন্দ্রিকা প্রসাদ শর্মনা পূন্সিন্না ইখি। বাহে খজিকখক্তদা বাফম অদু মপূং ফাইঃ

"রাজনীতি লম্বীশিংদি নান্লী।...

"ঙসিগী রাজনীতি অফ-ফত্তগী বাখল লৈব্রে, বাঙাঙ্বদা হৈশিংবা পাম্মী, পূক্রিং খুদুম চন্নখিদ্রে, য়াইফা বাখল লৈব্রে, নুংশিবদা ঙাওচংনব্রে মত তিন্নদবগী, ইকাই খুম্নবদুনা তোঙাল্লে, মদু খাঙ্নবগী বাখল্লোনসু মাঙ্খিগুম তৌখ্রে।"

লোনগী চুমদ্রিং থম্মোয়দা মমি তাহনবা ঙম্বা জাদু অটলজীগী গদ্যদা হেক-হেক উবা ফংই। অদুবু লাকপনি মহাক অদুগুম্বা কবিতাগী য়ুমদগী, অটলজী মফমদুদা লৈজবা পাম্মী অদুবু লৈবা ফংখিদে। মহাক ওজা ওইবা পান্নম্মী, ওইবা ফংখিদে। মহাক ইবা পাবগী সংসাবদা মহাক্কী পুন্সি লেনবা পান্নম্মী, "তৌইগুম্বসুং কাশমীবগী লানফম অমদা শ্যামপ্রসাদ মুখর্জীগী বলিদাননা ঐবু লৈবাক শেমগৎ-শাগৎপগী মায়কৈদা মাঙ্জিন থানবগীদমক লাংতক্লহল্লে . অদুদগী ঐ রাজনীতিগী নাল্লবা লম্বীসিদা চংপা তাখি।

কবিগীদমক মহাক্না ওজা ওইবা পাম্মুবিবা। মদুগী তুংগী মাগী মিৎয়েং অমদি খুদোলগী মবম তাবিয়ুঃ

"ওঝা হায়বসি শিক্ষাগী থোবানি। মহাক্না অঙাংশিংগী ফিবম শেম্মী। অঙাং হায়বসিদি অপেৎপা লৈখোমগা পাংখক্লি। মখোয়বু ওঝানা মওং শেম্মী। ওঝানা অঙাং অদু ওইহন্নীংবা মওংদা ওইহনবা ঙম্মী। চফ্ শাবা মীনা চফ্ অদু মানা ওইহন্নীংবা মওংদা ওইহনবা অদুগুম্না ওঝানসু অঙাংবু অপাম্বা মওংদা শেম্বা ঙম্মী। মসি ওঝা ওইবশিংগী থবক্লি, মখোয়না খনগদৌবনি মতমগী খোঙ্চৎ মতুংইন্না কবম্বা মওং ওইহনগদগে হায়বা অদুদি।"

মসি কান্নদবদি নত্তে মবমদি অটলজীনা ঙসিসু ওঝা ওইবশিংগী মফমদা থোইদোক্না ইকাই খুম্নজবগা লোয়ননা তিন্নজে। হিন্দীগী অফাওবা কবি ডা. শিবমঙ্গল সিংহ 'সুমন' মতম অমদা অটলজীগী ওঝা ওইরম্মী। অটলজীনা ঙসিসু সুমনজীবু মতম অদুগী ইকাই খুম্নজবদুমক অদুম ঙাক্লা চৎলি। ঐনা হান্ননা বাফমসিমক তাখিবম্মী, অদুবু কুনশুবা শতাব্দীগী অবোইবা চহী অসিদদি শংশঙ্না উবসু উবে। ইং ১৯৯৯ গী জনুবাবী থাদা ঐহাকপু 'পদ্মশ্রী'

গী মনা লৈবাক্কী ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা পীবিখি, অদুগা ঐগা লোয়ননা ওঝা সুমনজীবুসু 'পদ্ম-ভুষন' উপাধী। ইকাই খুম্নবা উৎপগী থৌবম হাম্না চৎনবকপগী মতুংইন্না রাষ্ট্রপতি ভবনগী অশোক হোলদা পাঙ্থোক্লম্মী। ইকাই খুম্নবা উৎপীগদৌরিবশিংগা লোয়ননা থৌবম য়াওবীবা লাক্লিবশিংগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোক্লা ইকাই খুম্নজবিবা হান্নগী প্রধান মন্ত্রী ইন্দ্রকুমার গুজরাল, শ্রীমতি শীলাগুজরাল, শ্রীমতি সোনিয়া গান্ধী, গৃহ মন্ত্রী লাল কৃষ্ণ অডবানী, উপরাষ্ট্রপতি কৃষ্ণকান্ত, প্রধান মন্ত্রী ওইনা শ্রী অটল বিহারী বাজপায়ী অমদি থোইদোক্লা ইকাই খুম্নরবা মীওই কয়া কয়া। হোলদা লেঙ্শিল্লক্লগা গৃহ মন্ত্রীজীসু মনা ফংগদৌবিবা মাগী খঙ্নন-চান্নবশিংগা উননবগীদমক লাকখি অদুগা প্রধান মন্ত্রীজীসু। সুমনজী ঐগী হেক মাঙ্মক্তদা চৌক্লিদা ঙানথোইখিবি। অটলজীনা ভীমসেনজোশী, লতা মংগেসকর, জষ্টিস অয্যর, সতী শগুজরালনচিংবশিংগা উনবগা মাঙ্লোমদা অসুম য়েংলকপদা মহাক্কী মিৎয়েং চীংলেম্না ঙাম্থোইখিবা সুমনজী হেক উবে। অটলজী মথং মনাও কাউথোক্লনা মখুৎ লোম্নজবগা চঙ্শিল্লক্লনা সুমনজীগী মফমদা ভক্তি কচ্চবগা অরা-নুংঙাই হংনজববগী মতুংদা অতোপ্পশিংগা উনখি। মহাক্কী গুরুদেবগী মফমদা থন্নিবা নুংগী ওইরবা ইকাই খুম্নজবগী ভাব অদুদি মহাক্কী মিত্তগী ইচম-চম্না কুমথবকপা উখি। মহাক্লা কবিগুরুদসু য়াবিখি মদুদি "ঐনা ওঝাশিংগী মফমদা ইকাই খুম্নবা উৎচবদা ঐঙোন্দা চাউথোকচবা পোকই।" মহাক্লা নীংই মরমদি ওঝানা শুপ্নগী তম্নীবতা নত্তে, অঙাংশিংবুসু নুং-শাল অনীমক শেংদোকপী। নুং-পান শেংদোকপা নত্তনদি তম্নীবিবা পূম্না মচি য়াওদবা ওইগনি। মনুং ফাওবোই অরাংপা ওইগনি। লখনউদা মফমদুগী মীখন্দা মায় পাক্লনা পার্লিয়ামেণ্টা লাকখি, অমুকখক স্কুল অমদা পুদুনা চৎলম্মী মদুদা মহাক্লা মহাক্কী মপূক্লিংদা লৈরা পূম্না পুথোক্লনা কাব্যগী লোন্দাদা মহাক্লা হায়খিঃ "স্কুল হায়বসি শেংলবা ঈশ্বরগী মন্দির অমনি। য়াইফ-মঙ্গলগী থবক তৌফম্নি। মসি শুপ্নতগী সার্টিফিকেট য়েম্থোক্লবগী কারখানা নত্তে। স্কুল হায়বা অসিনা অঙাংশিংবু শেংদোকই। স্কুল অদুদা তম্নিবা অঙাংশিংবু নুং-শাল শেংদোকপীদ্রবা অদুগুম্না মফম অদুদা শিক্ষা পীবা ঙমদে। শেংদোকপীদনা পীবা মহৈদি মপুং ফাদে, শুপ্নতগী তাকপীবখক্তগী ললগে ওইরবদুদি কান্নদবনি। ঐখোয়না পাম্নিবদুদি শুপ্নতগী লাইবিক হৈবদু নত্তে, মতিক চানা লাইবিক লাইশু খঙ্বগা লোয়ননা মতিক চাবা নাগরিক অমা ওইবা লোয়ননা অথোইবা পূকচেল শেংবা

ওইবনি।"

লৈবাকসিদা অথোইবা সংস্কারবশিংবু চাওখৎলকপা য়েংবা পাল্লিবা অটলজী মসিগী ওন্ন-তৈনবদা মায়কৈ মবিমক্তা পুন্সি হিংনবগী থবক্লা মপাঙ্গল কনখৎলকপা উবে ,মদুদা লৈবাক্কী লুচিংবা অমা ওইনা লৈবাক মীয়ামগী মফমদা লাউদুনা চেকশিন-রাহৈসি হায়খি, কবিগুন্না পুক্লিংগী অমম্বা কাচিন্দা লুপলিবা মীদুনা মাগী মাগী অচুম্বদু মাঙুদা থম্মীঃ

*অমাঙ্-অতোংগী ফালাদা*
*ওন্দুনা পুন্সি লম্লোনবা ওইখবে।*
*মন্ত্রিক্লবক্লে পোং য়োক্লিবা মীবু*
*কবিমতা য়োলহৌদনা অবেম্না তাবে।*
*ঙাক-শেল্লুবগী কবিসু কান্নবা লৈতবে*
*অমৃতগী চফুদি য়ুদুনা লোইখবে।*
*পুন্সিদি অসুম হৌখি।*

নোক্লবশিংগী মবক্তা হৌখিবা পুন্সিগী চহী খুদিংগী অটলজীনা হন্না অমুক-অমুক য়েংশিল্লি। মহাক্কী মপোক নুমিৎশিংদদি মহাক্না কবিতা কয়ামকম ইজৈ। কবিতাশিংদুগী মনুংদগী কবিতা অমখক ঐনা নৈনজবা পাম্মী, মদু মহাক্না লৈবাক্কী খুদোং থীবা অমা থোকপ্লবগী চহী য়াংখৈ মপূং ফাবক্লবা মতমদা ইখিবনি।

কবিতাদুদি সিনিঃ

*পুন্সি সন্ধ্যা ওইবক্লে*
*ওনখবে অর্থ*
*ওইখবে রাহৈ অবেম্না*
*শান্তি লৈতনা নুংঙাইবদি চাবোক্তবীগী মনুংঙাইনি*
*পুন্সি সন্ধ্যা ওইবক্লে*

রাহৈ খবখক্কী খুৎহৈবগী মই, মিতাক্ষরী ছন্দ।

অসুম্নসু লৈবাক্কী খুদোংথীবা তাববা মতমদদি (ইমার্জেন্সি/প্রসিডেন্ট

রুল) দদি বায়াম ঙাঙ্‌বা য়াদে, মদুগীসু ইঙ্গিৎ পীবগী মওংদা শীজিন্নে।

মিতাক্ষরী ছন্দ অটলজীনা থোইদোক্লা পামজে অদুগা মসি অয়াম্বা মতমদা শীজিন্নবসু উবা ফংই:

*মাইখুম উপত্রবা মায়থোঙ্‌নি*
*দাগফমদি লুনা লৈবে,*
*তোকখ্রবা মিত্রং ঙসিদি*
*তশেংনা অকিবা ওইবে,*
*অসুম্না কবিগুম্বা খবা উখি*
*পূমচায় চায়খায়ববা লীক্লিগুম শহবশিংনা*
*ইশামক্কী মেলাদা মকপ অমফাওবা উনদবে।*

কবি কবিগুম্বদা ব্রাহৈগী অবোইবা মায়হয়নবগীদমক অসিগুম্বা ব্রাহৈ কয়া শেমদুনা মায়হল্লি মদুনা কবিতাবু নৈনবিবা মীশিংদা অৱাবা ওইবা য়াই মদুদি: (*হিন্দী লোন্দা— "টুটে হুএ সপনোংকী সুনে কৌন সিসকী" অন্দবকো চীব ব্যাথা পলকোংপব ঠিঠকী।"* মথক্কী 'সিসকী' হায়বা ব্রাহৈসিগা লোয়ননা '*ঠিঠকী*' হায়বসি তাবগা পূক্লিংদা খজিক ঙকচান্নে। কবিগুম্বদা ছন্দ অদুম তা মহাক্লা হায়বকই: *"হাব নহীং মানুংগা পাব নহী ঠানুংগা/কাল কে কপাল পব লিখতা মিটাতা হুঁ।"* মসিদদি ঙকচায়বম্বা পূম্বা মতমগী পাক্লবা ফম্বাক্তা শব্দোকখিদুনা অনৌবা ফজববা অর্থ অমদা তিনশিনখি। মহাক্লা মহাক্কী অর্থগা লোয়ননা মশামকসু তাউথখি। তশেংনা হায়ববদা ঐহাক্লা অটলজীগী মবমদা ঐগী মকপ কবি রামাবতার ত্যাগীগী কবিতাগী পবেংশিং নীংশিংলকই মদুদি

*খল্লনু হৈনৌ অসিখক্তনি মদুগী পাল্লিবা হৈনৌ সিখক্তনি*
*খল্লনু অশেংবা অসিখক্তনি মদুদি উবিবা অশেংবসিখক্তনি,*
*ঐ ইমিং ইবা হৈতে চেক মনাশিংদা ঐ খঙ্‌ই,*
*অদুবু অহৈবা খুৎনাইবগী মতৌগুম্না ঐনা থম্মোয়দা ইমিং ইবি।*

অটলজীগী পংক্তিশিং অথোইবা খুৎহৈবগী মতৌগুম্না অতাবা পূম্নমক্কী থম্মোয়দা মিং ইশিল্লি। মসি কান্নদবা নত্তে মরমদি মহাক্কী কাব্যগী অপূনবা

"ঐগী কবিতা য়াংখে মাথোই" শৈবেংগী লাইরিক অসি চহী মরিগী মনুংদা তবাবকশুবা খুৎনম ফোঙ্দোকখি।

অটলজীনা খঙ্জে মদুদি মহাক্কী কবিতাশিংবু মহাক্কী জেলগী খোঙ্চৎশিংনা হিংহনবিরিবনি। তশেংনমক মফমদুদা মহাক্না রাখল খনবা, নীংশিংবগী মতম য়াম্না ফংখি। মহাক্না মহাক্কী জেল খোঙ্চৎশিংগী মবমদা মওং তানা ইশিঙ্জে। কবিগুরুদা অদুগুম্না ফিবমশিংদুদা সুম্নসু হায়খিঃ

*ফাজিনখবে বঙ্গলোবদা*
*অডবানীগা লোয়ননা*
*নুমিৎ চুপ্পা থানাদা লৈবে*
*ওইখবে শক-চু অরাবা*
*ওইখবে শক-চু অরাবা*
*শ্যামবাবুনা ঙাঙ্ শকই*
*ফাজিনখবে নোংঙাল্লকপদা*
*থাজিনখিদ্রিববা হৌজিক ফাওবা জেলদা?*
*হায়য়ু বন্দী কবিবায়,*
*থায়নগী মন্ত্রী তাবেনে,*
*লৈহৌবে ঐখোয়না তোর্বান্দা,*
*মিশ্রজীনা কুমথখবে অকবদা।*

অদুগা কবিগুরুদসু জেলদগী লাউবকইঃ

*কেনখিবদি যাই, তৌইগুরুসুং নোল্লবোই কোক্তি,*
*মুক্রবি অচুম্বগা শক্তিগা*
*আইন্না লানথেংনবি মীওৎ-মীনৈগা*
*অমম্বনা শীঙ্নবক্লি*
*নুমিৎকী অবোইবা মঙালসু মম্শিনখবে।*

*পায়বি থাজবগী থাউমৈদি লেঙ্হন্দনা*
*ব্রজ তাগে তাসনু নত্রে য়ুহার হাগে হাসনু*

*নত্তে মসিদি লম্বা চাবা লান্দি*
*ঐখোয় খুৎলাই পায়দবনি, খৌবাংখবে য়েক্রবদি লানগী*
*মখল খুদিংগী খুৎলাই থমখবে শেম-শাদুনা*
*অদুগা শাফোঙ্লক্রে ইকাই খত্তদনা শাবমচং*

*অদুগা অমুকসু রাশক্তি লাহেংননবা*
*অমুক হন্না থাংজিনখবে খোঙ্দম অঙ্গদনা*
*লমন শিংননবগীদমক থব্রাম খুবাক্তা হাপ্তুনা*
*চঙ্জবক্রো হায়বা য়াদনা*
*লাইবক য়েংবদা থাদোকখবে লোইনা তোক্নগেসু ঙমদে*
*কেন্নখিবদি য়াই তৌইগুমসুং নোঙ্গবোই কোক্তি।*

ইং ১৯৭৫ দা ইমার্জেন্সিগী মতমদা জেল মনুংদা ইখিবা কবিতা অসি জেলগী খোঙ্চত্তসু মহাক্কী রাশক্কী অশেংবা ফিবেগ উৎথোকই।

মহাক্কী জেল খোঙ্চৎকা মবী লৈননা ঐখোয়না মসিমদি কাউবোইদবনি মবমদি মহাক্না জেলগী খোঙ্চৎশিংদা অয়াম্বা মতম লেনখি। ঐখোয়গী লৈবাক্কীদা নত্তে, মালেমগী মফম খুদিং কাচিন-কোয়া থুংনা কোয়চং চংলবা অশেংবা লমকোয়বা মী অমগী মতৌনি। ডা. চন্দ্রিকা প্রসাদ শর্মনা মহাকপু "যাত্রালোলুপ" (কোয়বা পামজবা) হায়না কৌই। ঐদি মহাক্কী খোঙ্চৎশিংসি মহাক্কী পুন্সিগী তঙাই ফদ্রবা অমনি হায়না নীংজৈ। মহাক ইং ১৯৫৭ কী জেনবেল ইলেক্সন্দা গোংডা জিলাগী বলরামপুরদগী ইহান হান্না কাবকপা সংসদকী এম. পি ওইবম্মী। অদুগা মতমদুদগী লেপ্পা লৈতনা ইবৈবাক্কী অমদি মীবৈবাক্কী রাজনীতিদা খন্ন-নৈনবা অদুগা কবিগুস্বদসু মহাকপু সংসদকী মীহুৎ ওইনা, কবিগুস্বদনা সরকারগী থবক ওইনা, কবিগুস্বদনা মশাগী ওইনা বার্তন তৌবকপনা মবম ওইদুনা মহাক মালেম শীন থুংনা লমকোয়বা অমগুম্না কোয়দুনা লৈবম্মী। মহাক্না চংখিবা লম মমিং পল্লুবগী থোইদোকপা কায়বা লৈবরোই। অংগ্রেজী ময়েক এ-দগী জেদ ফাওবনা মমিং হৌবা লম অমেরিকা, অফগনিস্তান. আষ্ট্রেলিয়া অমসুং আষ্ট্রিয়াদগী হৌরগা জাঁবিয়া অমসুং জিম্বাবো ফাওবা মালেমগী লৈবাক অমফাওবা মানা য়ৌদবা লৈবম্রোই। তশেংনমক অসুক য়াম্না কয়া রাজনীতিগী মতম শাংনা থবক তৌবক্লবা পুন্সি

অসিদা অনীবক প্রধান মন্ত্রীগী ফম পায়খবে, অদুগা জনতা পার্টিগী মতমদা লৈবাক অসিগী বিদেশ মন্ত্রী ওইনা বিদেশ নীতিগী অথোইবা থবক ময়াম শেম-শানবগী দায়ীত্ব মহাক্না ফজনা ঙাকখি মদুদা লৈবাকশিং মফি. পল্লবগী থোইনা কায়বা লৈবরোই। মসিনসু অদুম অয়ারবনি, মবমদি সংসাবগী অয়াম্বা লৈবাক কোয়কববা অতোপ্পা কনাগুম্বা মীওই, মীওই খবখক নত্তনা অতোপ্পদি খিবা ফংলবোই। শ্রীমতি ইন্দিবা গান্ধী অমসুং বাজীব গান্ধীগী মতুংদদি শ্রীনবসিংহ বাব অমসুং শ্রী ইন্দ্রকুমাব গুজবালদগী অসুম য়েংলকপদা অটলজীদা পোপ তাই। অসুক পাক চাউববা লৌশিং জ্ঞানগী ললসিনা মহাক্কী ব্রাখলগী সংসাব অসি শেম-শাজখিবনি অদুগুম্বা খনখিবা ব্রাখলশিংদু মহক্না মহাক্কী কবিতাশিংদা ফোঙ্দোকই। কবিতা খবদি মহাক্না মীবৈবাক্তা লৈবিভৈদা ইখিবনি। মখোয়শিংদুগী মনুংদগী "মৌতসেঠনগয়ী" (অশিবগা লানথেংনবে) হায়বা অসি অথোইবা অমা ওইনসু নৈনবি।

কবিতা অসি "ধর্মযুগ" চয়োনগী চেফোঙ্দা ফোঙ্দোকখিবম্মী। ওইখিবদি এসৃম্ননি মদুদি দিল্লীদা মহাক্কী কিদনি ওপবেসন তৌখি। মতমদুদা এম পি শিংগী কাংলুপ অমা কানাডাদা চৎপা তাবম্মী। মহাকসু খোঙ্চত্তুদা য়াওবম্মী। কানাডাদগী হল্লকপদা অমেবিকাদা অখঃবা ডাক্তর্বশিংগী বিপোর্ট ফংলে, মদু থোইদোক্লা পূক্লিং নুংঙাইনিংঙাই ওইদবে, ব্রানিংঙাইগী মশক ওইবে। হায়া ওপবেসন তৌখবা মকম অদুদা অনৌবা লায়না খবগী মকোন শাবন্নে। অরাবা ব্রাখলদি মহৌশানি অদুবু ওপবেসনগী মতুংদদি থোইদোকপা অরাবা ওইগনি হায়বদি খয়দবনি, অদুবু মদুগী ওয়-তৈনবদা অটলজীদদি থোক্লবে। য়াম্না কৃপ্না থিজিন্নবগীদমক মথংগী নুমিত্তা ষ্কেন লৌনবা লেগ্লবে। মদুগী অহিং অদু য়াম্না ব্রানা লেনখি। মদুদা মহাক্না ইখি মদুদি "অহিং অদু ঐ ত্তম্না যাখিদে। চিংনবা অমখক্লা পূক্লিংসি লৈতাহন্দে। ঐ চে-কলম পায়বগা ফল্লে। ব্রাখলগী নোংলৈ অদু ব্রাহৈনা ফাজিন-পুন্দিয়বা হোৎনৈ। অদুবু ঐনা ফোহ্নলবগীদমক থাখিদে কবিগীনো হায়ববু মথংগী নুমিত্তা ডাক্তবশিংনা ঐঙোন্দা ক্লীন চীট পীবে। মদু শুপ্নগী অমুকখক খালিয়বদা পারম্মী।"

মতম খবগী তুংদা অটলজী হকচাং অমুক নুংঙাইবক্লে। হকচাং চোকথবা হেল্লক্লে, হকচাংগী অব্দস্বসু হম্বরক্লে। ন্যু য়োক্তা চংলগা লায়েংগে খল্লে। লাইবক ফবদগী ভাবতকী মীহুৎ কাংবু অমগা লোয়ননা চৎমিন্নখবে। থবক অবায়বা ওইপ্লে। ভারতকী মীশনগী হৈ-শিংবা খুজিন থৌরাংনা অমুক্না হেল্লা

অবাইবা ওইগ্রে। হকচাং য়াম্না চেকশিন্না চেক তৌই অদুগা ডাক্তরশিংনা ওপরেসন অমা তৌবা তাবে হায়না তাকপীবক্রে। "অদুগুম্নবা ন্যু য়োর্ককী সহর, অদুগুম্নবা নুংথিলগী মঙাললক্তা ইবং লংলবা অমম্বা অহিং, মফমদুদা ইদোম তরক পূর্মচিক চীক্রবা মফম। ঐনা দায়রী থিবগা হান্নগী কবিতাশিং পাই, অদুগা খবসু শেমদোক-শেমজিন তৌই, মদু চে অমদা শিন্দোক্লগা ঐনা ধর্মযুগতা থাখি... কবিতাদুগা লোয়ননা শক পোলাং অমগুম্না য়েক-খোংলবা, মায়কৈ অনীদা অমুবা ডাবি সম্পাদকজীগী নোটতা য়াম্না মকওইবা মওংদা হকচাং শোকচিন্নে হায়না খঙ্হন্নবগী মবম পূন্নমক ঐগী চিঠিদা শিন্নবে। মীয়াম্না মী অনীগী খৎন-চৈনবা য়েংবগীদমক চপ-চপ লেপ্তুনা লৈনৈ, মফম অসিদগী হিংবা অমসুং শিবগা লাষ্ছেংনরিবনি। সেন্ট্রেল হোলদা ঐগী কবিতা নৈনবম্মী। রা ঙাঙ্বা হৌই ঐগী পূক্লিংনা য়ৌশিনখবে ঐগী কবিতা ফাওবা। শ্রীসীতারাম কেসরীনা খুৎই অদুবু য়াম্না থাগৎপীখি। কেসরীজী অমসুং কবিতা' তৌইগুমসুং নুমিৎ অদুদা ঐনা মহাক্কী কাব্যবু নীংজবা অদু খঙ্খি। অতোপ্পা মীয়াম্বুসু য়াম্না নুংঙাইহনখি। শ্যামবাবু (শ্রী শ্যাম নন্দন মিশ্র) না হায়ঃ "হো মকপ 'ধর্মযুগ' পুবকই কবি কবি ইবিবগে য়েংগে। 'ধর্মযুগ' পুবক্রে চেনা হাইদোক হাইদোক্তুনা কবিতা য়াওব্রা য়েংই। মীয়াম অমুক থোমজিন্নবক্রে। ঐনা হায়জৈ 'পুবিবকও ঐ পাবগা তাহনজগে'। এসেমব্লী হোলদা ঐনা অহানবা ওইনা, তশেংনমক অবোইবা ওইনা কবিতা পাখি।"

মদুদগী হৌজিক কবিতাদু নৈনবা হৌবে। কবিতাদুগী ব্যাখ্যাঃ "কবিতাদু হান্নসু পাথোকখ্রবনি, অদুগা মদু ফোঙ্দোকপদি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। কবিতাদু ঐনা পাথোক্লবা মতমদুর্দদি কনাসু পূক্লিং নুংঙাইতবা, থরায় রাবা অমতা য়াওনখিদ্রে। কনাগুম্বা অমতনা য়ানিংদবা, অয়েৎপা লৈখিদে তশেংবা মদুগী মবমদি মতমদুদা ঐগী হকচাং ফবে। ঐগী চীন্দগী শিবগী রা তাবগসু মীয়াম্না মসি খনখিদে তশেংনমক হিংবা অমসুং শিবগী রাহংনি হায়না। মখোয়না কবিতা হায়বসিদি কল্পনাগী খুদোলনি খল্লি। অদুবু 'ধর্মযুগ' তা মওং অদুদা কবিতাসি ফোঙ্লে, মদুদগী অপাবা মীশিংদি থরায় য়াম্না রার্নখি। মখোয়না খনখি ঐহাক শিগদৌবে হায়না। ঐগী কবিতা হিংবগী দলিলগী রাবোল নত্তে, অশিবগী পাউজেলনি।"

"ঐনা কবিতা কবিগী ইখি? ইববুদি ইখি, মদু ফোঙ্নবগীদমক কবিগী

থাখি? মহাক্কী মফমদা অসিগুম্বা চিঠি করিগী ইখি?"

মসিগী তুংদা অটলজীনা ঈচেল অমসুং মিংয়েংশিংদুদা মসিগী পাউখুম পীখি, মদুতদা উই অশেংবা অটল বিহারী বাজপায়ী। হাইফেং মোমোন তৌ অরোইবদদি বাফম অদু অনৌবা বিন্দু অমদা থাদোক্কুনা থম্লগে। মহাক্না হায়, "অসিগুম্বা মকপশিংদা ঐ করি হায়গনি অশিবগী মমিংতা তাবদা বাম্বিবিবশিংসিবু। মখোয়গা লোয়ননা ঐসু অবাবা শরুক য়াজবি, অদুবু ঐদি শিবদা কবিমতা কিবা লৈতে।" অরেপ্পা ওইদুনা লৈববা অদুদা করি কিনিঙাই লৈবগে? অদুম্মা ঐনসু শিববু য়াম্মা নক্না উখি। কবিগুম্বা হয়েং অসি অশিবনা থোঙ্ থীল্লববদি খুদক অদুদা ঐ মহাক্কা লোয়ননা চংকদৌরিবনি। অমুক ফাওবা হন্না য়েংলম্লোই। অদুগা করিগুম্বদা অশিবনা ঐগা লোয়ননা শান্নবক্লবদি হায়বদি, হৌদোংনা উচিদা তৌবগুম্না তৌবক্লবদি ঐ মহাক্কা লাম্ছেংনগনি অবোইবা মিংকূপ ফাওবা ইখূং অনী চঙ্দুনা।

"কবিগুম্বা ঐগী কবিতানা মরুপ থবদা পূক্লিং শোকহনবা অমদি অবাবা ওইহনবা তাববদি ঐহাক্না মখোয়দা ঐবু ঙাকপিনবা হায়জগনি। ঐনা খল্লি কবিতা ফোঙ্খিবদু থবা মাঙ্জৌনখ্রববা হায়না। মদু ইবগা নত্রে ইবমদনা শিবম্বনা ফববা নত্রগা ঐনা শিববা মতুংদা ফোঙ্লম্বনা ফগদ্রা। মথংগীদা ঐহাক বাখল তৌবনি।"

কান্নদবদা ভাবনা শাদুনা চিংলুবা লিবিশিং অদু অটলজীনা অসুম্না হবাউনা নুংঙাইবগী ঈচেন্দা চেম্হনখ্রে নত্রে কোমথোকহনখ্রে। অসিগুমবা বিন্দু অমদা থাদোকখ্রে। মদু মায়থীবদা নত্তে, লানথেংনবিবা লানমীশিংগী মায় পাকপগী বাশক্কা পূজিন্নখ্রবনি। ঐগী মত ওইনদি অসুম্না হায়জনিংই অশিববু শীঙ্নবা নত্তে, অদুগা অতোপ্পশিংদসু শীঙ্ননবগী থৌহিজিন অমা পী। ঐগা অকোনবা উনবদা মহাক্না খঙ্লে মবমদি ঐগী কিদনিগী শরুক মবিগী শরুক অহমদি মপূল্লি লোইরে, কান্নদ্রে, অদুদদি মহাক পূমঙক-ঙকই অদুগা অবাবসু ওইবে। অদুবু অবাবা অদুনা নুংঙাইবা অমসু ফংলে মদু উবগা ঐগী পূক্লিং বাখলদা কবিগুম্বা মখলগী মমি তাবা লৈতে। মহাক্না খুদম পীরগা ঐবু পূক্লিং ফাথবিরি মদু তশেংনমক অদুগুম্বা পূক্লিং বাবা অদুদা অনৌবা লান অমগী লাম্লোউ লাউখি অদুগা কিদনি ফত্তবদুগা লাম্ছেংনবগা হিংহৌনবগী অশম্বা পাম্বে ওইবম্মী মখোয়শিংদু মহাক্না মশাগী নুংগী ওইবা অশাবনা পূমচোং চোংহল্লগা ঐবু পূক্লিং ফাথবিরি মহাক্কী "মৌতসে ঠন গঙ্গ"

কবিতাগী পংক্তিশিংনিঃ

*শিবগী চহীনা কয়া? মিংকুপ অনী ফাওবা ফাদে,*
*পুন্সিগী খোঙচং ওসি ওরাংখক্তদগী নত্তে*

*নহাক নখোঙ্ তপ্না থাংল, লাক্কনু লোননা থূপ্না*
*মাঙ্দা লান্দাবক্লগা অদুগা ঐগা চাংয়েংনসি*
*শিববু খন্নুদনা চংলিবা পুন্সি খোঙচংনি*
*নুমিদাংবাইবম খুদিং শংবাম্রে, অহিংদনা বাঁশীগী স্বব*

*শীংনবকপা খুদিংমক ঐনা ইখূং অনী চঙ্না মায়োক্লে*
*নোংলৈ নুংশিং মবক্তা চুখংচৈ মৃৎত্ত্রবা থাউমৈ,*
*ওসিদি শীংলক্লে কল্লবা নোংলৈ নুংশিং*
*ওইত্রে হীসু কল্লবা ঈবৈদা মীথুং,*
*অদুবু লৈবি থৌনাদি ঈপাক বাংমা লাম্নবা।*

*উবগা নোংলৈ নুংশিংকী অশাউবা*
*শাউত্রে হিসু*
*অশিবগা লাম্বেংনবে।*

মী অদুনা অশিবগা লানথেংনবিঙে মিংকুপ্তা মহাক্কী কবিতাদা শীঙ্নবদুনা হায়বকই মদুদি ঐনা নোংলৈ নুংশিং মবক্তা থাউমৈ চুখংলি অদুগা শীঙ্নবকপা খুদিংমক ইখূং অনী চঙ্না লাম্বেংনৈ, মবম অসিনা কবিগুম্বা হিনা ঈবৈদা মীথুং ওইত্রবসু কবি তৌনি, ঈপাক লাননবগী থৌনাদি হনবা লৈত্রি, থৌনাবুদি অদুম্মক লৈরি, অসিগুম্বা ফিব্বম অসিদা মীয়াম্না মায়থীবগী বাখলগী মমিসিনা কদাইদগী ফংত্রিবা! অদুগা সংসাব পুম্বনা য়ানববা বাফম্নি মদুদি কবিগুম্বা নোংলৈ নুংশিংকী অশাউবা উবগা হিনসু শাউববদি নোংলৈ নুংশিং লেপ্লগা খম্বুবা তঙাই ফদবনি। মহাক্কী অয়াম্বা কবিতাশিংদা অসিগুম্বা স্ববশিংসি ফোঙ্দোকই। অশিবগী অকিবদগী নাম্বোক্লবগী খন্ন-নৈনবসিদি মহাক্লা মতম অদুদসু তৌখি মহাক্লা নুমিং তবাহ্মদোইনি প্রধান মন্ত্রী ওইববগী

তুংদা মহাক্কী মীচঙ য়ামদবদগী ফম থাদোকপা তারম্মী। তশেংনা হংবা তারবদি পার্লিয়ামেন্টতা মহাক্না শীখিবা ভাষণনা মহাক্কী অমকপা লৈত্রবা মিংশেলনি। ঐনা মতম অদুফাওবগী মনুংদসু করিগুম্বা রাজনীতিগী ওইবা ফজদবা মীচৈ মঙোন্দা ফাওবা য়ৌরকখিবা উই মদুদা মহাক্কী ভাষণ নীংশিংলকই: "কিকবা লৈতে শিবা ফাওবদা, কিবিবদি শুপ্রতগী ফত্তবা মিংচৎ অদুতনি।" ভগবান শ্রীবাম্না হায়বম্মী মদুদি ঐ শিবদা কবিসু কিদে, কিবিবদি শুপ্রতগী মিংচৎ মাঙ্বা অদুনি, মীয়াম্না ফত্তনা ঙাঙ্নবা ফত্তবা মিংচৎ লৈবদুনি কিবিবসি।

অধ্যক্ষ মহোদয়, চহী নিফুগী ঐগী বাজনীতিগী পুন্সিসি ইহাং হাংদোক্লবা লাইবিক্লি। ঐনা বাজনীতিদা লাকখিবা মতমদুদা ঐনা কবিগুম্বদসু শুকখন খনখিদে ঐ এম পি ওইগনি। ঐদি পত্রকাব ওইবম্মী। অদুগা চংনবিবা বাজনীতিগী মওং অসি ঐনা শুকপাম পামজদে ঐ মসিদি তশেংনা থাদোকপা পাম্মী, অদুবু বাজনীতিনা ঐবু থাদোক্তে। অদুদগী অমুক ঐ বিবোধী দলগী লুচিংবা ওইবে, ঙসিদি ঐহাক প্রধান মন্ত্রী ওইবে, নুমিৎ খবগী মতুংদা প্রধান মন্ত্রী লৈববোই। প্রধান মন্ত্রী ওইবা মতমদা ঐগী পূক্লিং য়াম্না হবাও নুংঙাইদুনা চোংলমগনি, মসিগুম্না ঐ খক তৌখিদে। হৌজিক কবিগুম্বা ঐনা পূম্নমক থাদোক্লনা চংশ্লনি, অদুদসু ঐগী পূক্লিংদা কবিগুম্না মখলগী অব্বাবা ওইগনি খন্দে, অদুগা অসুম্না তৌগদৌবা মীসু নত্তে।

"ঐহাক ইবৈবাক্কী সেবাগী থবক্তা পূক্লিং লূপ্তুনা লৈগনি। ঐহাক মীয়ামগী পাঙ্গলগী মাঙ্দা ইকোক নোঞ্জবি অদুগা পূম্নমক্তা ঐনা থাজবা পীজবি থবক অমা ঐনা তৌগনি হায়না ইখুংনা লৌশ্লবা, অদুগুম্বা লৈবাক্কী পান্দম ওইবা থবক অদু মপূং হেক ফাদ্রিফাওবা ঐহাক নুংঙাইথোক্লনা ফমদুনা লৈথোক্লোই, পোখাবোই।"

"অধ্যক্ষ মহোদোয় ঐ ঐহাক্কী থবক থাদোকপগী চে বাষ্ট্রপতি মহোদোয়গী মফমদা পীবা চৎচবে।"

পার্লিয়ামেন্টতা মহাক্না শীখিবা ভাষণ মহাক্কী পূক্লিংগী নুংগী ওইবা বাখল্লোন খঙ্নবগী য়াম্না চাউববা মবম অমনি। মদুগী মনুংদা "লাভালাভৌ, জয়াজয়ৌ"দা লান্দা হৈশিংবগী গীতাগী তত্ত্ব খঙ্বগী বাফমসু খঙ্হল্লি "ন দৈন্যং ন পলায়নম" সু অমনি... মদুদা তোনথবগী বাসু নত্তে, হায়বদি প্রধান মন্ত্রী ওইবা তোকত্রবদি মহাক পূমতোক তোকশ্লগনি অদুগা ন পলায়নম কিদুনা চেপ্লোই। মবমদি অমুক দেশকী সেবা কবম্না তৌগনি, তৌবা ফংলরোই।

তৌইগুম্বসুং মদুদা ইথৌদগী কিদুনা চেনবদি কবিসু মথৌ তাদে।

মহাক্না মহাক্কী রাজনীতিগী ওইবা মথৌ মতৌ কবম্না পাঙ্থোকখি, অদুগা দেশ সেবাগী থবক মহাক্না তৌনি হায়দুনা মখূৎনা লৌশ্রগা থবক অদু পাঙ্থোকপদা কয়া য়াম্না মায় পাকপ্রে মসিগী মবম নৎচদে। ঐনা ইজবিবসি পূক্লিংগী অকা-অকুম পূক্লিং নুংঙাইহন্দবদি নত্তে, অহৌবমক্তদা অসি য়ৌনা মতিক মগুণ লৈবে মদুদি পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরু ফাওবনা শীংথানবদা য়াওদবা লৈখিদে। মসি মতম অদুগী রাফম্লি, মতম অদুদা নেহরুজীগী মন্ত্রী মণ্ডলদা মৌলানা অবদুল কলাম আজাদ, গোবিন্দ বলভব পন্ত, মোরারজী দেশায় অমসুং জগজীবনরাম অমদি কৃষ্ণমেননচিংবা শক্লাইরবা কয়া য়াওবম্মী। ওপোজিসনগী মায়কৈদা আচার্যকৃপলানী, শ্রীপাদ অমৃতডাংগে, নারায়ণ গণেশ গোরে, প্রোফেসর হীরেন মুখর্জী অমদি মীনু মসানীনচিংবা মতিক চাবরা এম. পি. শিং ফম্লম্মী। শ্রীমতি বিজয়া রাজে সিন্ধিয়াসু মতম অদুদা কংগ্রেসকী ওইবম্মী। শ্রীমতি সুচেতা কৃপলানী, কু. পার্বতী কৃষ্ণন অমদি শ্রীমতি তারকে শ্বরী সিন্হা সভাদা মকওইবা মেম্বরশিংনি, অদুগা থবক থৌরম থন্ন-নৈনবদা মতেং কয়া পীবম্মী। মতম অদুদা অটলজী জনসংঘগী মাঙ্জিন থাবা মেম্বরশিংগী মনুংদা মরিশুবা ওইবম্মী। বিধান সভা ফাওবগী মেম্বরশিংগী মনুংদা মতিক চাবা মেম্বর অমফাওবা য়াওবমদে, মহাক্কী দলগী মেম্বর অমফাওনা মহাক্কী মতেং পাংবিনবা য়াওবমদে। মতম অদুদা ইনৌ নৌবিবা হীবমদুদা থোইদোক্লা খণ্ড-হৈবসু ওইদ্রিবা পাখং মচা অমনা সভাগী পূক্লিং রাখল মাগী মায়কৈদা চিংশিনবা ণ্ড্না অদুগা মহাক্না প্রধান মন্ত্রী নেহরুজীগী ভাষণবু অফ-ফত্তা নৈনবা ণ্ড্না অসিমক অটলজীগী সংসদকী ওইবা থবক থৌবমদা মঙ্গলগী মশক ওইববা চন্দনগুমপ্রে। নেহরুজীনা হায়বম্মী "ণ্ডবাংদি ভাষণ য়াম্না পীনপ্রে, মদুগী মনুংদা ভাষণ অমদি শ্রী অটল বিহারী বাজপায়ীজীগীসু য়াওবম্মী। মহাক্কী ভাষণদা মহাক্না রাফম অমা হায়খি অদুগা মসি হায়খি ঐনা খনজবদি ঐখোয়গী ফোরেন পোলিসি, অসি মহাক্কী বাখদদি অচুম্বনি। ঐনা মাবু তৌবিমল খণ্ডবা উৎচবি মবমদি মহাক্না রাফমসি হায়খিবগীদমক্তা অদুগা রাফম অমসু মহাক্না অমুকসু হায়খি মদুদি 'ণ্ডাঙ্নবগীদমক রাহে দরকার ওই, অদুগা তুমিন্না লৈননবগীদমক্তদি রাহে অমসুং অফ-ফত্তা খণ্ডবগী রাখল অনীসি দরকার ওই, তত্তাইফদে।' "

অটলজীগী অশেংবা ফোঙ্দোকপা রাফম অদু ঐনা খোমজিনবা

ফংখিদে, অদুবু মসিদগী খঙ্বা ঙম্লে মরমদি নেহরুজীগুম্বা মী অমনা অটলজীগী রাফমদা করিগী শেংদোক বারোল পীবা তাখিবা। অদুগা অটলজীগী ঈচেল নাইবা গদ্যগী মওং য়েংনবগীদমক নেহরুজীগী তামণদা য়াওখিবা মহাক্কী বাহৈ পরেংগী শরুক্তুনা য়ামল্লবনি মবমদি "ঙাঙ্ননবগীদমক বাহৈ দরকার ওই অদুগা তুমিন্না লৈনবগীদমক্তদি বাহৈ অমসুং অফ-ফত্তা খঙ্বগী বাখল অসিদি তঙাইফদে।" অদুগা নেহরুজীনা বাফম অসি ফোঙ্দোকপদা অসুম্না হায়খি মদুদি "বাফম অসিদা ঐসু লোইনা থাজরে অদুবু অতোপ্পা সভা অমদা বাফমসি খন্নবা য়াই, অদুগা পূমহাক্ত হাঙ্লবা দুনিয়াগী ওইবা সভাদদি মসি চংথবা য়ারোই। য়ামদ্রবদা ঐখোয় বিসেশ নীতিগা মবী লৈনরিবা মফম অদু ফাওবদা, করি করিগুম্বা মতমদা পূক্নিংগী অকনবা ঈহৌ লাকপা য়াই অদুগা কবি করিগুম্বা মতমদা শোয়খিবসু ওইবা য়াই। অদুবু ঐগী অনীংবদি অসিনি ঙাঙ্বদা খরা বাংনা ঙাঙ্বা, অদুগা য়ামদনা দখল তৌহৌবা। অদুবু বারিবদি অসিনি মদুদি করিগুম্বা ঐখোয়না য়া ঙাঙ্দ্রবা অদু ওইরবদি অফবা মীশিংনা হায়গনি নঙ্দি য়াম্না ঈংথরে নহাক কিরবোইনা।"

য়েংবিয়ুদো বিথিগী নোংদম হায়বসে অদুগুম্নবা অটলজীনা বাজনীতিদা ফোবেন পোলিসিবু মহাক্কী পামজবা বিষয় অমসু ওইজরে, বিভাগ অদুগী লমতাক-লমজিংগী থবক অদু মঙোন্দা জনতা পার্তিগী শাসন মতমদা মোবাবজী দোশাইনা প্রধান মন্ত্রী ওইবা মতমদা শিন্নখিবস্মী। মতম অদুদা বা ঙাঙ্বা অমসুং তুমিন্না লৈবগী ফাগিনা পূক্নিং নুংঙাইহনবগী মিৎকূপ অদু মোবাবজী ভাঈগী কস চৎপগী মতাংদা ঐগী মাঙ্মক্তদা থোকস্রে, অদুগা অটলজীনা নেহরুজীগী থবায়মক্রা য়াবিত্রবা বাফম অদু শীজিন্নদুনা মপূং ফাহনখি।

অসুম্না হৌখি মদুদি মোবাবজী ভাঈনা প্রধান মন্ত্রী ওইববা মতমদুদা মহাক্কী অহানবা মীবৈবাক্কী খোঙ্চৎকী অহৌবা ওইনা ভাবতকী মমাংঙৈদগী লৈনবক্রবা মকপ ওইবগী নুংশি চান্নবা ফোঙ্দোক্রবা ওইনা সোভিয়ত সংঘদা চৎলস্মী। ঐহাক মখোয়না সোভিয়ত চৎত্রিঙৈগী মমাংদা ঐগী লনাই খোঙ্চৎ অমদা ঐ সোভিয়ত্তা লৈবস্মী। ঐগী অনীংবা অসিদি ঐনা হায়না নঙ্গী দিল্লীদমক ফোঙ্দোকচত্রবনি। মোস্কোদদি ঙাঙ্নবা নুংঙাইবোই হায়দুনা। অদুবু অটলজীনা লেনিন গ্রাদ হৌজিক্রা (পীটর্সবগ) তা প্রধান মন্ত্রীগা লোয়ননা চৎলস্মী। ঐবুসু পত্রকাব কাংবুদুদা য়াওহনবীরে। নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা সোভিয়ত সংঘগী য়াম্না নুংঙাইবা তৌইগুম্বসুং কিনিংঙাই-বানিংঙাই ওইবা পাউ অমা পাখি

মদুদি মফম অদুদা কৈশালশিংনা মীয়ামদা ওৎ-নৈবা হৌরে হায়না।

লেনিন গ্রাদকী পৃথিবীদা মমিং চৎলবা ম্যুজিম 'হর্মিতাজ' ঐখোয় পূম্নমক প্রধান মন্ত্রীগা লোয়ননা য়েংনবা চৎপা মতমদা প্রধান মন্ত্রীগা লোয়ননা রুসকী প্রধান মন্ত্রীগী বোদিগার্দশিংসু য়াওরম্মী। চৎমিন্নরিবা ঐখোয় পাউমীশিংনা অটলজীগা লোয়ননা তুংদা চৎলদুনা খোঙচত্তুগী নুংঙাইবা লৌবা হৌনবে। অটলজীনা ফাগী তৌদুনা ঐখোয়বুসু পূক্নিং নুংঙাইহল্লি, অদুগা ফাগিগী পাউখুমসু মহাক্না অদুম পীবি। অদোম্না নীংশিংলমগনি প্রধান মন্ত্রী নবহিংবাবনা মীতিন অমদা নুংশিবা মকম অমা ওইনা নুংশিবা মওং অমদা ফাগি তৌদুনা "গুরু" হায়না হায়খিবা। অটলজী মতম অদুদা ওপোজিসনগী লুচিংবা ওইবম্মী। সভাগী মীয়াম্না বা লাওনা নোকখি মদুদা অটলজীসু নোকপা য়াওখি। অটলজী বা ঙাক্নবা খোক্রুকই মদুদা মানা হায়ঃ "মী খবনা গুরু ওইবি, অদুগা মী খবনা গুরু মিংখোল পীবি।" হন্দক্তী সভাগী নোকপগী খোঞ্জেলনা পূমনিন নিলখি।

লেনিনগ্রাদতসু অটলজী পূক্নিং হুকচাং নুংঙাইনা উই ঐনা মঙোন্দা অয়ুক্তা কৈশালশিংগী পাউ নীংশিংহনখি বাফমদুনা মবম ওইদুনা সোভিয়ত সবকাবদা য়াম্না লাঙ্তক্রবা অমা ওইহল্লম্মী। ঐগী পূক্নিংদদি কবিগুম্বা লৈবাক্নী ওইবা থবক থৌবমদা অপনবা পীবগী বাফম অমতা লৈবমদে, মবম অসিনা ঐগী বাফম্না কৈশালশিংনা রাজনীতিগী মায়কৈদা চবাংনবগী বাফম অমা ওইহনবগুমল্লে। ঐনা হায়খিদবা অটলজী পূক্নিং বাখল নুংঙাইনা লৈ, থোইদোক্না নুংঙাইবগী মওংদা লৈগদৌবনি, অদুবু মীবৈবাক্নী নীতিদা তুমিন্না লৈনবগীদমক বাহে অমসুং বাখল অনীমক পুন্সিন্নদুনা মহাক্না ঐবুসু শেন্নবিবে। পূক্নিং হবাউ-নুংঙাইবগী অসিগুম্না শীজিন্নবদগী ফংলকপা লৌশিং জ্ঞান ময়ামদি মহাক্নী কুণ্ডলিশিংদা য়াম্না য়াওরি। পৃথিবীগী হিন্দী শম্মেলন মোবিশসকী কোনুং পোর্টলুঈদা তৌবম্মী। মফমদুনা হিন্দীগী শক্লাইববা মীওই কয়া য়াওবম্মী। মণ্ডিত শ্রীনাবায়ন চতুর্বেদী, (ভয়াজী) অমৃত লাল নাগব, ভগবতী চবন বর্ম্মা, বেন্দল বাজ, মতমদুগী লোলগী দাইবেক্তব অমসুং হিন্দীগী থোইদোক্না খঙ্-হৈরবা পণ্ডিত শিবসাগব মিশ্র, ডা. ভাবতী, কমলেশ্বর, ঐ ইশামক ডা. কর্ণ সিংহ, গঙ্গাবাবু (বাবুগঙ্গাশবন সিংহ) অমসুং অটল বিহাবী মশামক হিন্দীগী মগূৎ ফাববা সংসার অমা মোবিশসতা পূল্লম্মী। হৌজিক মফম অদুগী খিবমদুদা অটলজীগী অতোম্না মিংদা বণ্ডী কবিবায়গী কুণ্ডলিশিং তাবিবসিঃ

*পোর্ট লুঙ্গীগী হিথাংফমদা*
*অনৌবা তীর্থ চৎপশিংগী মীয়াম।*
*চেং থোইদিং য়ুবী*
*লূববা গঙ্গাগী ঈশিং।*
*লূববা গঙ্গাগী ঈশিং*
*চন্দন অতকপা তৈবদুনা*
*ভৈয়াঞ্জীনা অতোপ্পশিংগী*
*শকক পূম্বসু লোইশিনহ্রে।*
*হায়য়ু বণ্ডি কবিবায়*
*ওইসনু মায় পাকপা শিবসাগবনা*
*খুকমজবি ভগবতী মিংশেল খণ্ডলিবী*
*খুকমজবি লৈতেং য়াওদ্রবা নাগবজী।*

*হিন্দী ঙাঙ্বশিং হবাউবনা পূমলাঙ্ লাঙ্হ্রে*
*থাবগুম্না তেন্না*
*মোবিশসকী মীয়ামদা*
*খীকপিবে গঙ্গাগী ঈশিং*
*খীকপিবে গঙ্গাগী ঈশিং*
*লোযননা চেং থোইদিং*
*লৈবি চন্দন তক্তুনা*
*অবেম্বদা পণ্ডা কাঙ্বু।*
*হায়য়ু পণ্ডি কবিবায়*
*মালেমগী লোলগী মঙ্*
*মপূং ফাগদবা সুগ্রতগী*
*হিন্দীগী মন্ত্রখক শোল্লগা।*

মহাক পূক্রিং ৰাবশ্মী মৰমদি হিন্দী লোলবু মালেমগী লোলগী থাক্তা পুখৎনবগীদমক্তা সংসাবদা ফিভম অমা শেমগৎনবা হোৎনদুনা লৈবি, অদুগুম্বা হিন্দী অদুনা ওইবি মীনাইনুবী ময়ূমদনা নিংথৌগী তাংবন্দনা অংগ্রেজীনা খুদুম চন্দুনা থমহ্রে। নুংঙাইতবশিনা মহাক্কী পূক্রিং য়াম্না ৰাবশ্মী।

মহাক্না বিদেশ মন্ত্রী অমা ওইনা বাষ্ট্রসংঘগী অধিবেশন্দা বা ঙাঙ্বা চৎলম্মী। মহাক্না ইতিহাস অমা শেমগৎলে অদুগা ওক্তোবর তাং ৪ ইং ১৯৭৭ তা বাষ্টসংঘগী ফম্বাক্তা হিন্দুস্তানগী খোঞ্জেল হিন্দী লোলদা তাহনখি অদুগা মতুংদা কুণ্ডলিশিং ইখিঃ

*নিম্নে হিন্দীনা মালেমদা*
*ওইবে মঙ্ মঙ্ফাওনবা*
*বাষ্টসংঘগী ফমবাক্তা*
*হিন্দীগী মায় পাকপগী খোল্লাও।*
*হিন্দীগী মায় পাকপগী খোল্লাও*
*হিন্দুস্তাননা হিন্দীদা ঙাঙ্লে*
*উবগা মশাগী লোলবু নুংশিজবনা*
*মালেমনা ঙকপনা পূমলাঙ্ লাঙ্ই।*
*হায়মু বণ্ডি কবিবায়*
*মেমগী নমথাক কায়খবে*
*ভাবত ইমা লাইবক ফৈ*
*নুংশিবগী তুবেল নমখায়বক্লে।*

তশেংনমক অটলজীনা মচেক্লা য়ৈবা অমসুং নোকপা য়াবা ফাগিগী ওইবা বাহৈ-বাতাগী ফজবা কয়া মহাক্কী কুণ্ডলিশিংদা মবাং কায়না য়াওহল্লি। মহাক মশাগী ওইবা অবাংবা বাখল্লোলদি মহাক্না ইশৈশিং অমসুং ছন্দমুক্ত কবিতাশিংদা হেন্না শীজিন্নে। অটলজীগী সাহিত্যগী ওইবা পূক্রিং বাখলদি মহাক্কী অদুগুম্বা কবিতাশিংদা পাবা ফংগনিঃ

*কৌববনা কনা*
*কন্নানা পাণ্ডব*
*নাতৈ হক্তবা বাহংনি।*
*মায়কৈ অনীমক্তা শকুনিনা থাকপা*
*লৌনম লাংনি।*

*থাদোক্তে ধর্মরাজনা*
*জুরাবগী হৈনবী*
*মীতিন খুদিংমক্তা*
*দ্রৌপদী*
*ইকায়বা নংই।*

*কৃষ্ণ য়াওদনা*
*ওসি*
*শোক্লগদৌবি মহাভাবতকী লাল*
*কনাগুম্বনা নিংথৌ ওই*
*কপ্পা তাবনি অদুম্মক লাইববদি।*

কবিতা পুম্বসি মহাভাবতকা মবী লৈননা ওসিগী ভাবতকী সমাজগী অমদি সংস্কৃতিগী ওইবা অমসুং বাজনীতিগী ওইবা অবোন অথুপ্পা পুম্নমক ফোঙদোকপগুম উই। সমাজ পুম্ববু মিংশেল য়েংহল্লি অমসুং মহাক্কী থোইদোকপা হৈ-শিংবগা লোয়ননা থবক তৌই। বাজনীতিদা তৌবিবা থবক খুদিংমক অসুক্কী মতিক হৈশিংনা মশাগী পূক্লিং বাখল পুম্বা মাঙ্দা হেক থম্বা হায়বসি অবায়বা নত্তে তৌইগুমসুং অটলজীনা মহাক্কী কবিগী মফমদা য়াম্না শিংনা লৈননবা ওম্বা মখৈ হোংনৈ। মহাক্কী বাহৈনিঃ

"ঐহাক্কী কবি ওইবগী মফমদা য়াম্না চেকশিন্না লৈননবগীদমক্তা ঐহাক্লা কম্না হোংনবা তাই, অদুগা কবি অমসুং বাজনীতিগী থবক তৌবা অনীগী মরক্তা চাশিন-চুশিন্নবা ঐনা ইতৎ-তত্তনা হোংনদুনা লৈ।"

অসুম্না হোংনবসি কয়াবক হন্না অবাবা ওইবা অদুগা অসুম্না তৌবশিংবু কবিগুম্বদা লেম্না থাদে। অদুগা অটলজীনা অনীসিগী মবক্তা থোং থাদুনা অনীগী মবক্তা চখোক চৎশিন্দা অপনবা থোকহন্দে। অসিগুম্বা চখোক চৎশিন্দা খুদোংথীবা অমদি মুক্লনা থোক্লকদৌবা লৈববসু মহাক্লা লোইনা খত্তই। মহাক্লা হায়, "তশেংবদি অসিনি মদুদি কবিতা অমসুং বাজনীতি অনীসি পুম্না চৎমিন্নবা য়াদে। অসিগুম্বা বাজনীতি মদুদা তোয়না নুমিৎ খুদিংগী ভাষন পীবসু পীদবা য়াদবা ওইরবা অদুগা ভাষন্দুসু তারিবা মীপুম খুদিংমকপুসু পূক্লিং চিংশিনবা ওন্নবা অদু ওইববদি সুপ্পতগী কবিতা মতোমতগী ওইনা হোংননবগী

মতম অমদি যিম্বম করম্না যংবা ঙমগনি। ঐনা কবিতা খরা ইজখি মদুদি মতমগী যিবম্না পীবনি। অদুগা মদুনা সংসারগী মফম কয়াদা মমি তাহনখি।... মরুপ খরনা হায় মদুদি করিগুম্বা ঐনা রাজনীতিদা য়াওরমদ্রবদি অবাংবা থাক্কী কবি ওইরমগনি। অবাংবা অনেম্বগী বাফম ঐদি খঙ্দে, অদুবু অসিফাওবদি তশেংনা খঙই মদুদি রাজনীতিনা ঐগী কাব্যগী রসকী ঈচেন্দা অপনবা পী।"

রাজনীতিনা মহাক্কী কব্যগী ঈচেন্দা তশেংনা অপনবা পীববসু কাব্যনা মহাক্কী বাজনীতিবু থোইদোক্না মীনুংশি চাউবা পোকহল্লি। অনীগী পূনশিন্নবগী মওং অসি য়েংনবা অমসুং অফ-ফত্তা চাংয়েংনবগী চপ চাবা মিংয়েং লৈজেঃ "ঐগী ভাষগী ঐগী অইবমক্না হায়বি অদুবু অসুম্নদি ওইদে মরমদি লৈবাক্কী লূচিংবদি তুমিন্না লৈতে। লৈবাক্কী লূচিংবদি মহাক্কী পূক্লিং বাখল পূম্বা অইবগী মাঙদা অদুম থম্মী অদুগা অইবনা অমুক হন্না বাখলশিংদু মহাক্কী হোৎনবনা মবম ওইদুনা মপূং ফাবা মওংদা শেংদোক্রবা হোৎনৈ ঐদি অসুম্না খল্লি মদুদি ঐগী অইবা অমসুং লৈবাক্কী লূচিংবগা অমগা'মগা মশেল পূল্লিন্নবসিমক ঐগী ভাষগী য়াওই। মসিদি তাঙাইফদবনি মবমদি লৈবাক্কী লূচিংবদুনা অইবদগী বাখল্লোন য়াম্না ফংই। ঐগী অইবনা ঐগী লৈবাক্কী লূচিংববু বাঙাঙ্বগী চেকশিনবদা য়াদবা তৌদে। মহাক্কী চেকশিন্নবা অথিংবা থম্বা অদুনা মবম ওইদুনা লৈবাক্কী লূচিংবগী ভাষণদা পূক্লিং ফাথনবগী বাখল থম্মী। লৈবাক্কী লূচিংবনা মহাক্কী ভাষগী অইবগী ওইবা চংনলোন্দা পূন্দুনা চংলি।"

অসিদসু নত্তে, মহাক্না সাহিত্যবু লৈবাক্কী বায়েল-থৌদাগী মকোক ওইবিবশিং ফাওবা লাকশিন্নবগী মওং তাববা খূংলায় অমনি নীংই। মহাক্কী লাইরিক 'মেরী ইক্যাবন কবিতাএং' গী সম্পাদক ডা. চন্দ্রিকা প্রসাদ শর্মনা মঙোন্দা অপাননা বাহং হংখি। মদুদি "সাহিত্যকাব অমনা বাজনীতিগা কদায় ফাওবা মবী থম্বা য়াবগে?" মদুদা মহাক্না খুমখিঃ "সাহিত্য অমসুং বাজনীতিগী কবিগুম্বা তোঙান-তোঙানবা মফম লৈতে।... করিগুম্বদা কনাগুম্বা সাহিত্যকার অমনা রাজনীতি তৌবা তাববদি মহাক থোইদোক্না অশেংবা ওইগনি। কবিগুম্বা লৈবাক্কী লূচিংবগী ফম অসি সাহিত্যকাবগী ওইবা মফম ওইববদি মহাক্না মীওইবশিংগী অবাববু নাথৈদুনা থম্বা ঙম্লোই। অদুগা কবিগুম্বদা কবি অমনা দিরেক্তর ওইবা তাববদি মহাক্না মবাল লৈজদবশিংগী ঈনা মহাক্কী মখূৎ শঙ্জিনবা ঙম্লোই। তানাসাহিশিংনা তমথীরিবা অসি মরম অসিদগীনি মদুদি মখোয়সি মীনুংশি খঙদবা ওই। সাহিতাকার অমগী

থম্মোয়দদি থৌজাল গুাকপীহৈবা, মীনুংশিনা পীক থম্লি, মবম অসিনা মখোয়না ঈগী হোল্লি শান্নবা গুমদে।"

সাহিত্যবু অথোইবনি খন্দুনা চৎচবিবা অটলজীনা কয়ারক হন্না খন্দুনা লৈ মদুদি বাজনীতিগী মহৈ-মহৈ খৎন-চৈনবদগী ফংলিবা অরাবশিংদগী হেল্লী সাহিত্য ইনবা ইহননবগী সংসাবসিদা চগুবনা অদুবু "বাজনীতিদি অদুগুম্বা অমুবা কম্বলগী মশক্লি, মসিবু থাদোক্লবগীদমক কয়াবক হন্না খল্লবসু অমুবা কম্বলসি থাদোকউ ময়াদে।"

সাহিত্য ই-খোংশগী সংসাবসিদা ইতৎ-তত্তনা হল্লকপা অটলজী য়াম্না পামজৈ, অদুগা মহাক্কীসু তোঙানবা রাজনীতি লৈজে। অদুগুম্বা বাজনীতি অদুগী তোঙান-তোঙানবা শককশিং লৈজে, তোঙান-তোঙানলবা বাখল্লোনগী মফমলৈজে, তোঙান-তোঙানলবা মফমশিংগী চাংয়েংসু লৈজে। পূন্নমক অসিগী বাখল অটলজীগী লৈজে, মদু অবানবা মওংদা শীজিন্নবগী বাখল্লোনসু লৈজে, অদুবু নুংঙাইবিবদি অসিনি অটলজীনা কবিগুম্বদা চাংয়েং অমদা হেক্তা মায় পাক্লবগীদমক খল্লগা কাবা অমফাওবা ইখিবা লৈতে। মহাক্কী মবীদি ইচম-চম্বা মীওইবগী মবীনি। মসিগী মকসিদি মহাক্কী মপা-মপুশিংদগী ফংজহৌবনি। মহাক্কী মপা ইবুংঙো সংস্কৃতকী শক্রাইবা লাইবিক হৈবনি। মহাক্কী পীক্তক তৌবা য়ুম অদুদা সংস্কৃতকী লাইবিক লিশিং কয়ামকম লৈবম্মী। মহাক্লা খুঙ্গংশিংদা কোয়না চত্তুনা শ্রীমদভাগবতকী বাবী লীবম্মী। মদুনা ইমুং-মনুং থাক্লম্মী, সংস্কৃত তম্নীবা মহাক্কী অপাম্বনি। সাহিত্যবু পামজবা অসি মহাক্কী মপুদগী মপা ইবুংঙো পণ্ডিত কৃষ্ণবিহাবী বাজপায়ীদা হৈজিল্লি। মহাক অদো গ্বালিয়ব বাজ্যগী ইকাই খুম্নবিবা কবিশিংগী মবক্তা শিঙ্থানবিবা অমনি। মহাক্লা ইবা লৈবাক নীংবগী কবিতাশিং গ্বালিয়ব বাজ্যদা ইশৈ ওইনা শক্লবম্মী।

হায়বিবা গ্বালিয়বসিদা শিন্দে কৌবা খুঙ্গংদা দিসেম্বব তাং ২৫ ইং ১৯২৪ দা অটলজী পোকখি। স্কুল সার্টিফিকেটতদি মহাক্লা পোকপা চহী অনীগী মতুংদা ইং ১৯২৬ কী দিসেম্বব তাং ২৫ দনি হায়। দিসেম্বব তাং ২৫ অসি 'ঈশা মসিহগী মপোক নুমিৎসুনি মবম অসিনা অটলজীগী পোকপগী নুংঙাইবসু গিবিজাঘবশিংগী হবাউ-নুংঙাইবগা অদুম্মক পূন্নিন্নখ্রে।

ইমুং-মনুং নুংঙাইবম্মী অদুগা ইমুং-মনুংগী ফিবমসু শেংলবা ভাবত মচা অমগীনি। অদুগুন্নবা ভাবত মচা ওইবগী ফিবমদুনা অটলজীগী তুখোং

পুন্না শীন থুংখি। ইমুং-মনুং সংঘগী মফমদা থোইদোক্লা থাজজবা ইমুং ওইরম্মী। মহাক রাষ্ট্রীয় স্বয়ং সেবক সংঘগী স্বয়ংসেবক ওইখিবম্মী। তম্বদা পূক্লিং য়াম্না চঙলম্মী, মপা ইবুংঙোগী কবিতাশিং তার-তারগা মহাকসু তুকবন্দিশিং (বাইমগী ওইবা শৈবেংশিং) ইবা-থীবা হৌই, মদুদগী কবি সম্মেলনচিংবদসু চংলক্লে। মতম অদু "সবৈয়া অমসুং ঘনাক্ষরীগী যুগ ওইরম্মী। ঐসু মদুদা থেংনবা অকন্বা পুন্না কোক্লবা হোংনরে। মীয়ামগী মফমদগী থাগৎপগী থাগৎপা ঙাক্তা ফংলম্মী। মদুদগী মৌনাসু অমুক্তা হেন্না হেনগৎলক্লে।"

ইমুং-মনুংগী সাহিত্যগী ৱাখল্লোন পুন্না অটলজীগী ময়াম্বশিংদসু অদুম লৈবম্মী। ময়াম্বা অহল পং অবধবিহারী বাজপায়ী মহাক ফেব্রুয়ারী ১৯৯৮ দা লৈখিদ্রে। মবুবোক পণ্ডিৎশ্যামলাল বাজপায়ীবু শৈথাদুনা মহাক্কী ময়াম্বনা ইবন্না কবিতাগী মওং অদু অটলজীনা "ন দৈন্যং ন পালায়নম্" গী মশাগী ৱাবীদা লৌখৎলি, কবিতাদুগী মওংদি অসিনিঃ

*শ্যামলাল বাজপায়ী বাবা মীয়াম্না শক খঙনববা মিংনি*
*অফাওবা পণ্ডিতনি মহাক্কী মতিক মঙাল শন্দোক্লবনি,*
*তাকপী তম্বীবদা নোংমগী মিনিৎ অনী অহন্নোম পোখাই*
*লমদম অদুগী অকোয়বদা মহাক্কী মতিক চাবগীদমক শক খঙনৈ,*
*গুণ লৈববু মীয়াম্না তান্নবা, নাপল চাউবনি নীংগে নীংউ,*
*সাধু সন্ত ঈশ্বরবু নীংজবা খিবিক্কী সেবাতবু পামজবা*
*অথোইবা কান্যকুবজ শাগৌগী লৈতেং*
*আগবা জিলাগী লাইপোকশিংগী লৈফম।*

শৈলী অদুমক্তদা অটলজীনসু ইবা হৌখি। বাবা বিনোবা ভাবেদা মহাক্লা শ্রদ্ধাঞ্জলী কচ্চবা ওইনা ইখিঃ

*থরায় খুবাক্তা হাপ্লগা কনবীখি শনবীগী থরায়*
*অতাওবনি বিনোবা নহাক' নহাক্কী মিংচত্রী অমবনি,*
*শঙ্গোমগী ঈথক হৌবি, ওইবি মাগী মচানা লাঙ্গোল পুবা*
*সিন্দবনা ইকাইনিংঙাই ওইববা মথী-ময়ুংনা লৈহাওনি।*

*মনা-মশিং চাবগা তোল্লবাহৈনা তাক্লি মাগী জাত*
*শিববসু পীবি কান্নবা মাগী মউন কান্নববা*
*বাবানা কনবিখি থবায় দিল্লীবু চাকহনখি মহাক্না*
*শামী-লানমী য়াওদনা কবম্না লাল মায় পাকখিবা।*

অটলজীনা মহাক্কী অহানবা কবিতাশিংগী মনুংদগী 'তাজমহল' দা ইখিবা কবিতাদু নীংশিংই: কবিতাদু চৎনবিদগী খবা থৈদোক্লম্মী অদুগা মদুদা তাজমহল ফজবগী মায়কৈদা শৈথাদ্রদুনা মদু শাবদা কয়া য়াম্না মীওৎ-মীনৈ তৌখ্রবগী মতুংদা শাখিবগী মতাংদা ইবি:

খণ্ডুই, মতম অদু অটলজীগী তুকবন্দিশিংগী মতম ওইবম্মী। গনেশোৎসব অমসুং জন্মষ্টমীগী মমিংদা মনা-মথুম য়েহ্‌োকপগী মতমসু ওইবম্মী, রাহৈগী অবোইবা মান্নবগী অথোই-অহেন তান্নবগী অদুগা দিবেটিং কম্পিটিসন্দা মনা-মথুম লৌননবগী মতম ওইবম্মী। হায়বিবা নুমিৎশিংদু হবাউ-নুংঙাইবগী ওইবম্মী।

অসুম্নমকসু নত্তে, অটলজী শুগ্নতগী কবিতাখক্তদা পূক্নিং লূপশিন্দুনা লৈ হায়বদি নত্তে, তুলসীদাসকী 'মানস', প্রসাদগী 'কামায়নী', নিবালাগী 'বামকী শক্তি পূজ' অমসুং মহাদেবীজীগী ইশৈশিংদা মতম কয়া মাঙ্ভজববসু মহাক্না পুন্সিগী শক্তম পূম্না ফংনবগীদমক উপন্যাসশিংদসু মতম লৌই। প্রেমচন্দ অমসুং জৈনেন্দ্রগী উপন্যাসশিংসু মহাক্না নৈনৈ, বৃন্দাবন লালবর্মগী উপন্যাস 'ঝাংসীকীরানী' 'মৃগনয়নী' 'গঢ় কুণ্ডাব' 'বিবাটাকী পদ্মিনী' অমদি 'কচনাব' অসিনচিংবশিংদসু পূক্নিং চঙলম্মী, অগ্যেয়গী 'শেখব' 'এক জীবনী' পাই। মখোয়শিংসি পূক্নিংদা লোইনা হাপচিল্লি।

বী. এ. ফাওবা থালিয়বদা তম্মী। মফমদুগী ভিক্টোবিয়া কোলেজগী ছাত্রসংঘকী মন্ত্রী অমসুং ভাইস প্রেসিদেন্টসু ওইখি। মহাক্না ভাষণ পীবা অদুগা ভাষণনা মীগী পূক্নিং শুমহৎহনবসু মদুদগী হৌখি। মহাক দিবেটিং কম্পীটিসনশিংদা মতম পূম্নমক্তা শকক য়াই। ইলাহাবাদ বিশ্ববিদ্যালয়দা লৈবাক্কী থাক্তা দিবেটিং কম্পীটিসন অমা তৌখি। মদুদা ভিক্টোবিয়া কোলেজদগী শকক য়ানবা অটলজীবু থাখি। অটলজীনা হেক মৌখিবা মতমদুদা ম্যোব হোল্লদা কম্পীটিসন অদু লোইগদৌবে হায়না লাউথোক্তদৌবম্মী।

ডা. হবিবংশবায় বচ্চল কম্পীটিসন্দুগী জর্জশিংগী মনুংদা অমা

ওইবম্মী। অটলজীনা কম্পীটসন লোইহবে হায়না লাউথোক্কদৌবা মিনিং খবগী মম্যাংদা ট্রেজদা কাখত্তুনা বা ঙাঙ্বা হৌখি। জর্জ ওইবিবা কাংবুসু পুমণ্ডক, অদুগা তারিবা কাংবুসু পুমসুম। মিনিং অনী খুদিংগী মীয়াম্মা খুবাক খুদুনা থাগৎনৈ। মদুগী মহৈনা অটলজীদা অহানবা মনা পীখি।

অটলজীনা বা ঙাঙ্বগী মনা ফংবশিংদুগী মনুংদা অসিগুম্বা মনা অমসু ফংখি, মদুনা নুংশিবগী অতৎ-অথম লৈত্রবা ঈচেল ওইদুনা মহাক্কী পূক্নিংদা লেঙ্দনা লৈখি। অটলজীনা থালিয়বগী মতুংদা কানপুরগী ডি. এ. বী কোলেজদা মিং চন্নে অদুগা মফমদুদা চহী অনী লেন্নে। রাজনীতি শাস্ত্রদা এম এ. দা ফাস ক্লাসতা পাস তৌখি।

ডী. এ. বী. কোলেজ কানপুরদা অটলজীগী বাবীসি অঙকপা মওং অমদা লীনম্রে। বাবী অদুগী মবমদি অটলজী অমসুং মহাক্কী মপা ইবুংঙো মখোয় অনীমক ক্লাস অমতদা তম্মীন্নবা তাবম্মী। অটলজী অমসুং মহাক্কী মপা ইবুংঙো মখোয় অনীমক লো তম্নবা পূন্না মিং চন্নম্মী। মপা ইবুংঙো সবকারগী থবক্তগী পেন্সন ফংখ্রে, অদুগা অটলজীনা লো তম্বা পান্নম্মী। মপা ইবুংঙোসু লো তম্বা পান্নগী বাফম ফোঙ্দোক্লম্মী। অদুগা নোংমদি মপা-মচা অনী পূন্না প্রিন্সিপাল কালকা প্রসাদ ভটনাগরগী কাদা লাক্লম্মী। মখোয় অনী সেক্সন অমতদা মিং চন্নে। বাবীদুদি অসিনি কবিগুম্বা মপা ইবুংঙোনা ক্লাসতা লাক্তবা থোক্লগদি মচানা পাউখুম পীবা তাই মদুদি নহাক্কী নপাবুং কবি মবমদগী লাক্লিবনো? অদুগা কবিগুম্বদা মচানা লাক্তবা থোক্লগনা মপাদা রাহং পাউতং তৌবাঃ কদাইদা চংখ্রে নহাক্কী অফবা নচানুপাদি? অসুম্না তৌবদগী ক্লাস অদু নোকপগী খোঙ্গেলনা পূম্লিল নিল্লি। কবম তৌবমগদগে খন্নবা য়াবা রাফম্লি। অকোনবদদি মপা-মচা সেক্সন তোঙান-তোঙান খায়দোক্লখিবদগীদি ময়াম শান্তি ফংলে। অদুম ওইনমক মপা-মচাগী জেবী অসি য়েংননবা ছাত্র ময়াম বোর্ডিংদা চংনবম্মী।

অটলজীনা ঐঙোন্দগী চহী কয়ামকম হল্লি। মবম অদুনা হায়বিবা ফিবম অদুমক্তি ইশামক্লা উজহৌবা ফংখিদে। অদুবু ঐনা ডী. এ. বী. কোলেজদা তম্লকপা মতমদুদা অটলজীগী বাবীশিংদু অদুম লীনবম্মী। মসিগী তুংগী বাবীদি অটলজীনা পাউ চেগী সম্পাদক ওইবকপগী পুক্সি অমসুং রাজনীতিদা অমুক চঙলকপগী বাবী ওইবে। লখনউদা 'রাষ্ট্র ধর্ম' গী অহানবা সম্পাদক ওইদুনা মহাক্লা ইবকখিবা সম্পাদক্কী বাবোল পাকবগা পণ্ডিত শ্রীনরায়ন চতুর্বেদী,

অমৃত লাল নাগর, ডা. রামকুমার বর্মা অমদি মহাদেবীনচিংবা অখঙ্-অহৈশিংনা মহাকপু থাগৎনবম্মী। অদুগা 'পাঞ্চজন্য' ফোঙ্বা হৌরক্লবা মতাংদুদদি অটলজীবু মদুগী সম্পাদক ওইহনখ্রে। মদুগী অহানবা চেফোঙ্ অদুদা সাহিত্যিকাবশিংগী মরক্তা খন্ন-নৈনবগী অথোইবা মচাক অমা ওইরম্মী। ইং ১৯৫০ দা লখনঊদা হিন্দী সাহিত্য সম্মেলন ভারত পূম্বগী ওইনা পাঙ্থোকখি মদুদা পণ্ডিত কমলাপতি ত্রিপাথীনা মদুগী সভাপতি ওইখি অদুগা রিসেপসন কমিগী প্রসিদেন্টনা চন্দ্রভানগুপ্ত লোয়ননা ভাইস-প্রসিদেন্টনা অটলজীনা ওইখি। অধিবেসন অদুদা কেসরবাগকী ওদিতোরিয়মদগী অটলজীনা থোইদোক্লা ফজরবা ভাষণ পীখি, মদুবু মহাক্কী দায়রীদা ফজনা ইশিল্লগা ডা. রামকুমা বর্মনা হায়খি মদুদি "অটলজীগী ভাষণগী ফজবসিগী সাক্ষি ওইনা কৈশববাগকী ওদিতোবিয়মগী বাল গুসি ফাওবা লেঙ্দনা লৈবি।" হায়বিবা লখনঊ অদুনা অটলজীবু মখোয়গী মীহুৎ ওইনা খন্দুনা পার্লিয়ামেন্টতা থাবকই। লখনঊগী লৈবক খুদিংমক্লা মহাকপু খঙ্ই, অদুগা লখনউগী পীক্লবা লৈবকশিং ফাওবা অটলজীনা খঙ্ই। 'লখনউনা মঙোন্দা কখোকই অদুগা মহাক্লসু কখোকই লখনউদা।'

অদুগুম্নবা লখনউ শহবগী ঐতিহাসিক ওইববা নুমিৎ অমা ওইখি। মতমদুদা অটলজীনা ইং ১৯৬০ দা "দৈনিক স্বদেশ" কী সম্পাদক ওইবে অদুগা ফোঙ্দোক্লবগী থৌবমদুদা হিন্দীগী মমিং চৎলবা সম্পাদক্কী গুরু পণ্ডিত অম্বিকা প্রসাদ বাজপায়ী অমসুং হিন্দীগী ফাওববা লাইবিক হৈববা ডা বাধাকুমুদ মুখর্জী য়াওবম্মী। মসিনা তোঙানবা বাফম অমনি মবমদি শেল-থুমগী খুদোংচাদবনা মবম ওইদুনা পাউ-চে অদু থিংজিনবা তাখি অদুনা অটলজীসু লখনউদগী দিল্লীদা লাকখ্রে।

দিল্লীদা অটলজীনা 'বীব অর্জুন' চেফোঙ্ নম্নবগী থবক পূম্না মহাক্লা দায় লৌবম্মী অদুগা অমুক অটলজী মতম্না কৌবকপা অমদি নুংশিবগী ঈচেন্দা তাউথবক্লনা ডা. শ্যাম প্রসাদ মুখর্জীগী প্রাইভেট সেক্রেটবী ওইবে। ইং ১৯৫৫ দা শ্রীমতি বিজয়ালক্ষ্মী পণ্ডিতনা লোক সভাগী মেম্বর ওইবদগী তোক্লবা চে পীশিনখিবদগী লখনউগী এম. পী. গী সীট হাঙ্লে। জনসংঘগী মীবেপ ওইনা মহাক ভোৎ লেপ্লে, ভোৎসু কাদ্রে, অসুম চথবকপা খোঙ্চৎ অসিনা অমুক হয়া চহী অনীগী মতুংদা অটলজীনা অনীশুবা জেনরেল ইলেক্সন্দা বলবাম পুবদগী মায় পাক্লনা পার্লিয়ামেন্টকী এম. পি. ওইবকখি,

মতমদুদগী বাজনীতিগী অমুবা কন্নল মচাসিনা মহাকপু শুকথা থাদোক্তবে মহাক্কী লৈবাক নীংবগী থাখল অসিনা নীংতম্বগী অহানবা চহীগী নীংশিং থৌবম্মা মথোন্দা ইহনখিঃ

*আগস্ট তবামগাগী নুমিৎনা হায়*
*নীংতম্বা হৌজিক মপূং ফাদ্রি*
*মগু চুম্বা য়াংলি*
*বাবীগী য়াশক মপূং ফাদ্রি।*

*মখোয়গী অশিবা হকচাংদা খোঙপাক্লা নেৎলগা*
*লাকখি নীংতম্বনা ভাবতকা,*
*হৌজিক ফাওবা লৈত্রি মখোয়গী মযূম-মকৈ*
*অৱাবনি অমুবা লৈচিন্না শন্দোক্লি।*

*কোলকাতাগী খোঙ লম্বীশিংদা*
*থাঙুলি মখোযদুনা নোংজু-নুংশা*
*হংউ মখোযদুদা আগস্ট তবামগাগী*
*মবমদা মখোয়না কবি হায়বকই।*

*হিন্দু ওইকবনা মখোয়গী অৱাবা তাবদা*
*তাবগা কবিগুরুনা নখোয়না ইকায়বা*
*অদু ওইববদি চৎলো ওমখৈগী য়াংমদা*
*নৈহৎলিবনি মফমদুদা সভ্যতাবু*

*য়োম্নবনি মফমদুদা মীওইবা*
*লৈবসু লৈনবনি অযম্বা পূকচেল*
*কপ্লি ইম্লামগী মীওইশিংনা*
*নোকলি ডোলবনা মবুকনিংদা।*

*চাকলাম্নবশিংদনা, নোংমৈ গোলী*

*য়াম্বিনবী খুংলাই মফি-থোংদবশিংদনা*
*কংলবা খৌনাওশিংদগী ধন্মগী লাল্লাও*
*লাওহল্লি খোল্লাও।*

নুমিৎ অদুদা কবিতা অসি ইখি নুমিৎ অদুমক্তদা অটলজীনা মখোয়গী ছাত্রবাসকী অহানবা নীংতম্বা নুমিৎ পালন তৌখি। মদুদা স্টেজদা কাদুনা ভাষন পীরম্মী। থৌবমদুদা য়াওনবগীদমক্তা আগরা বিশ্ববিদ্যালয়গী হান্নগী চান্সেলর লালাদীৱানচন্দ লেপ্তুলক্লম্মী। কানপুরগী ডী. এ. বী. কোলেজ মতম অদুদা আগরা বিশ্ববিদ্যালয়দা এফিলেট তৌরম্মী। অটলজীনা ভাষন পীবদুদা নুংঙাইমনগ্নদুনা লালাদীবানচন্দনা মহাক্কী ফুরিৎ কোক্তগী লুপা তবা চংশী অমা লৌথোক্লগা অটলজীদা পীরম্মী। অটলজীগী ৱাহৈদাঃ "ঐনা পুম্বিসিদা মনা য়াম্না ফংলে, মদুগী মনুংদা মমল য়াম্নবা মনাসু য়াওরি অদুগা প্রোফেসার দীৱানচন্দনা ঙসি পীবিরিবা লুপা তরা অসি ঐগী পুন্সিগী মমল নাইদ্রবা ললনি।"

অসিগুম্নবা মমল নাইদ্রবা ললসিনা ঐগী ৱাখলবু তুমহল্লে। মদুদসু নুংঙাইবদুনা লালাদীৱানচন্দজীনা ফুরিৎখাওদগী লুপা অমুক লৌথোক্লগা অটলজীদা পীবম্মী।

মসিনা অদুম্বা ৱাখল্লোন্দু পোকহনবগী মহৈনি মদুদি অদুগুম্নবা অৱাংবা মফমদু ফংননবগীদমক মীয়াম পুম্বনা পুম্নি চৃপ্না কন্না হোৎননবিবনি। অদুগা অদুম্বা অৱাংবা মফমদু য়ৌগ্নগা মফমদুদা উকঙ্গুম্না চপ লেপ্তুনা লৈবি মদুবু অটলজীনা মহাক্কী কবিতাদা ৱাহংশিংগী মনুংদা পুশিল্লক্লগা হায়বিঃ

*মীদুনা অদুক্কী মতিক ৱাংলবা*
*মহাক অসুক্কী মতিক নাইতোম তাই,*
*অকম্বা পুম্বা পুজে মশামক্তা*
*মায়থোঙদদি নোকশিন্নবি মোমোন*
*কল্লি মপুক্লিংদদি।*
*তঙাই ফদ্রিবদি অসিনি মদুদি*
*ওইববা ৱাংবগা লোয়ননা পাকশনবসু*
*মদুদগী মীওইবনা*

*লৈথোক্লবা উকংগুম্না লেপ্পুনা,*
*অতোম্বশিংগা তোংন-তিন্না*
*কনাগুম্ববুসু পুদুনা*
*কনাগুম্বগাসু চৎমিন্নগদৌবনি লোয়নননা।*

পামজদে মহাক্না অসুম্না হায়বা। ঈশ্বরদা পার্থনা তৌজেঃ

*ঐগী ঈশ্বর!*
*কবিগুম্বদা ঐঙোন্দা পীবিগনু অসুক হায়বা*
*অতোম্বশিংগা লেংগোম্নবা ফংলোইদবা*
*অসুক্কী মতিক মবেক মহাও য়াওদবসি পীবিগনু।*

ইং ১৯৯২ দা মহাকপু 'পদ্মবিভূষন' মনানা লৈতেংখি মদুদা মহাকপু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা নুংঙাইহবা থৌরম অমা পাঙ্থোকখি। থৌরমদুদা কবিতা অসি পাবদুনা মহাক্না কবিতাদুদা মহাক্কী অশেংবা পুক্নিং উবা হায়ফম চৈজ মথক্তগী লাউথোক্লকখি। পুক্নিং উবা হায়বসি য়াম্না ফত্রবা অবা-অনা খঙ্বা ওন্না মী অমগী পুক্নি হিংনবগী দর্শন অমনি। মহাক্কী কবিতা অমনি 'শকখঙ্বা' (পহচান) মদুগী পবেং খুদিংমক্তা মন্ত্রগী সুত্র ওাক্তনিঃ

*মসিদা কবিসু খেন্নদে*
*মবমদি মীদু কদায়দা লেপ্পি*
*লম্নীদবা নত্রগা বাথ মথক্তবা?*
*তোর্বান্দবা নত্রগা চেকপন্দবা?*

*খেন্নবিবদি অসিদনি মদুদি*
*লেপ্পিবা মফমদুদনি*
*নত্রগা মফমদুদা মহাক্না লেপকদৌবিবা*
*মদুগী লৈমায়গী খিবম কবিনো?*

*অপিকপা পূকচেলদগী ওইখিদে কনাসু অচৌবা*
*নীংবা কায়ববা কনানা লেপ্পা ওমদে।*

*মীওইববু খত্তবা হায়বসি*
*নত্তে মহাক্কী লন নত্রগা ফিদাদগী*
*খত্তলিবদি মহাক্কী পূক্রিংদগীনি,*
*পূক্রিংগী ওইবা লম্বোইবদুদা*
*কপ্লিবনি কুবেবগী মবল-মথুম ফাওবনা।*

মথক্কী পবেং খবসিমক্তা মহাক্কী কবিতাগী ওইবা খৃৎলেম খুদিংমক্কী শক্তম উখোকপদা থোইদোক্তা মতিক চারে হায়না হায়জনিংই। মহাক্কী কবিতাশিংসি পানা-পানা অসুম্না খল্লি মদুদি মহাক্কী ব্রাখলগী মমিশিংদু অয়াঙ্বা খোঙ্জেনগা লোয়ননা চেপ্পী হায়না, অদুগা মহাক্কী নাক-য়েত্তা লৈবিবা কাচিন-কোয়া খুদিংমক লোইনা শোকপা পাম্মী, অমসুং হায়বিবা 'নাক-য়েং' অসি হলদীঘাটীদগী হিবোসিমা ফাওবনি। ওইবদগী লৌবগা ওইদবা ফাওবগী শন্দোক্লিবা ফাওবা, তৌইগুম্বসুং ওইবোইদবগী মতুংগী ফাওবা ব্রাহং অদুদা পূক্লেঃ

*ওইবা ওইদবা হায়বসি অচুম্বা অমখক্কী*
*মমায় অনীনি,*
*লেমহৌবিবা পূম্নমক অখত্তবগী লৈথোক-লৈশিননি*
*লৌশিংগী শাজেলনি*

*তৌইগুম্বসুং ওইদ্রবগী মতুংদা কবি ওই*
*ব্রাহং অসি পাউখুম লৈতবনি,*
*অনৌবা থিজিল্লিবা খুদিংমক্তা*
*ব্রাহং অসি থিবা হোৎনবি,*
*থিজিল্লিবা পূম্নমকপু ব্রাহংসিনা নমথাকপীবি।*

অসুম্না ওইবোই মদুদি ব্রাহং অসি পাউখুম লৈতবমক ওইবগনি। মহাক্না নীংই

মদুদি অসিগুম্বা মওংগী অকবা বাহংশিংগী পাউখুম নত্রগা ধর্মগী লৈমায়দগী পোক্লকনি নত্রগা অমুক হন্না বিজ্ঞানগী চাংয়েংগী ওইবা শন্দোক্লা তাকপা অদুগা লায়থোকহন্দুনা মাঙ্মক্তদা লাক্লকনি। থিংজিল্লম্বা থোঙ্ হাংদোক্লকনি শোয়দনাঃ

*ধর্মগী অখঙ্ অহৈ*
*বিজ্ঞানগী চাংয়েং*
*নোংমদি শোয়দনা*
*থিংলম্বা থোঙ্ হাংদোক্লনি,*
*বাহং হংবগী মহুত্তা*
*যক্ষ মশামক্লা পাউখুম পীববনি।*

অটলজীগী লৈবাক্কী লুচিংবগী মশক অসি ওম্থোক্লা চাউখ্রে, নত্রগনা সাহিত্যকাবগী মশক্লা? . অসিগুম্বা অৱাংবা ওন্নবগী বাহং তৌবিবশিংদুগীদমক অটলজীনা "যক্ষ প্রশ্ন' অদুগুম্বা কবিতাশিংদুনা শিংনবা অমা ওইনা লেপ্লি। মদুনা মতৌ অসুম্না ওন্দুনা লুপাহীদাক্কী অবংবগী মতৌগুম্না কবিতাগী মতিক-মগুন লেপথোক্লুনা থম্নবা। কনাগুম্বা লৈবাক্কী লুচিংবা অমসুং সাহিত্যকাব অনীমকপু খঙ্বা হায়বসি মখোয়গী থবক্তগী খঙ্বা ঙম্মী। হিন্দীগী অফাওবা অইবা কুঁৱবনবায়নজীগী বাহৈ নীংশিংলকইঃ "অচৌবা সাহিত্যকাব বাজনীতিগী মীনাই ওইদে অদুগা মখোয়গী যেক্লবসু। সাহিত্য হায়বসিদি বাখলগী মকদা লৈ, মখোয়না পুন্সিগী মমল অদুনা মীওইবগীদমক কান্নবা ওইববা, মদুনা মহাকপুসু ঙাকপা ঙন্নবা, মহাক্কী মশাগী থৌদোকশিংদগী অমসুং অতোপ্পগী থোইদোকপশিংদগীসু।"

অসিগুম্বা কান্নবশিং ফোঙদোকপনি মহাক্কী 'তিৱোসিমাগী চৈথেং' 'পুন্সিদি হৌখ্রে', 'অৱাংবা', 'ইশঙ্-শংলবা তিংথৌ' অমসুং 'শকখঙ্বা' অদুগুম্নবা কবিতাশিং মখোয়শিংদুগী মনুংদা মীওইবগী থম্মোয়নুংবু শেংদোক্ল বা মম্ভ্রনি অমসুং মখোয়গী পাঙ্গলনা মীওইববু মশাগী ফোঙ্মদবা, চাউথোকচবা, লৈবাক্কী মতিক মগুন, মশাগী মঙ্, মশাগী হৌজিক হৌজিক ওইবিবা অমসুং মতুংদা মশাগী অনীংবা অপাম্বগী মতুংইন্না হিংজনবগী থৌনা অমসুং বাশক্লি। অটলজী মীওইবগী থেংননিংবগী মওংবু অয়াবা মীনি, অদুগা

মদুগীদমক্তা মহাক্লা তশেংনা ইঙ্গিৎ পীরিঃ

*মীওইবনা তৌগদৌবনি মহাক লালথেংনবা*
*ওইবিবা ফিবমগা লাম্ভেংনগদৌবনি*
*মঙ্ভ অমা কায়রবসু*
*অতোপ্পা অমা অমুক মঙ্ভগদৌবনি।*

তঙাইফদবগী মতুংইন্না মহাক্লা ইতিহাস, পুরান, মিথক শীজিন্নৈ। অদুগা মহাক্কী ইঙ্গিৎশিংবু খোইদোক্লা লৌশিন্নবা শেম্মী।

হৌখিবা মতমগী খোইদোক্লা থাজজবা পুরানশিং অমসুং মিথকশিং শীজিন্নবদা তশেংনা কান্নদবনি খল্লবসু অদুম খনবীয়ু, অটলজীনা মদুদা তকশিঞ্জবা কবিসু লৈতে মবমদি মখোয়শিংদু হৌখিবা মতমগী নত্রগা হৌজিক মতমগী সাহিত্যাকারমক্লি হায়না খনবিববসু তশেংবমক্তি অসিনি হৌখিবা মতমগী অহানবা ঈচেলনি হায়না খন্নবিবা রাখল লৈরবশিংগী মনুংদসু মিথকশিং অমসুং পুরানগী ওইবা রারীশিংদা অসুম্মা য়ানিংদবগী মওং উখিবা লৈতে। যুগ অসিনদি হায়বি মদুদি ঐখোয়গী মিথক অমসুং পুরানগী ওইবা রারীশিং মীওইবা জাতি পূম্নগী মঙ্ভনি। অতোপ্পা খঙ্ভ-হৈববা লেবীস্ত্রাসনদি মদুদগী মাঙ্লোমদা চঙশিল্লগদি মখোয়শিংদু মঙ্ভতগী নত্তে, মখোয়শিংদুদি মীওইবনা তানশিঞ্জবগ্না লৌশিং জ্ঞানগী পূর্কেনি হায়ঃ "মসি শুপ্রতগী মঙ্ভখক্তা নত্তে, তশেংবমক শোজেশিংনি, অদুগুম্নবা চাউববা ললগেগা মনুংদা মীওইবা জাতিনা মখোয়গী মবমদা মতম কুইনদগী তানশিল্লক্লিবা নীংশিং পোৎলমশিং, রাকৎশিং অমসুং খঙ্ভচিঞ্জবকপা রাখল-লৌশিং চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা থন্নিবনি।"

অটলজীগী কবিতাশিং মহাক্লা ফংলকপা জ্ঞান-লৌশিং অমসুং নীংশিংবগী পাক চাউববা ফম্লাক্তা মহাক মশাগী ওইবা ফিবমগা চাননা নুংপাক্তা হক্লুনা ইবনি। মদুদা ভাবতকী পূকচেল চাউরবা পুক্লিংনা হায়বি অমসুং মদুগী অরাংবা অনীংবদু ফোঙ্ভদোক্লি। মদুদা মহাক্লা মঙ্ভ তশ্রি মখোয়শিং অদুবু মঙ্ভফাওহনবগীদমক মহাক্লা চহী কয়াগী মমাঙদা হায়ব্রবনিঃ "আর্য অখোইবা চান্যক্যগী রাশক্কী পাঙ্গল লৌবগা, সম্রাট চন্দ্রগুপ্তগী ওল্লিংবা রাখল্লোনবু লৌজদুনা, মহাত্মা বুদ্ধগী থৌজাল, তীর্থকর মহাবীরগী তপ অমসুং

গুরুগোবিন্দসিংহগী মতিক-মঙাল থম্মোয়দা পুজরগা ঐহাক্না মনুং অমসুং মপালগী খুদোংথীবশিংদগী মায় পাকপা ফংগনি অমসুং ভারতপু মপাঙ্গল লৈবা অমদি চাউখৎপা ওহল্লগা মালেমদা ইকাই খুম্নবগী মফম ফংহল্লবনি।"

মঙ্ অসিবু মঙ্ফাওহন্নবগীদমক অদুগুম্নবা নুংঙাইববা ঈথক-ঈপোম অমসুং পূক্রিংগী অকনবা ঈহৈ অমা তাঙাইফদবা ওইবি মদু মশামক্কী বাহৈদাঃ

*খুৎ অমদনা লৈশেম্নবগী,*
*চংলি ঐখোয়না খুৎ অমদনা প্রলয়বু পুদুনা,*
*চাকখি মিংচৎ পূম্না মৈথিদা*
*চাক্লি ঐখোয়না অমম্বদা।*

*উবি মিত্তনা মল-থুম অচাউবমগী মঙ্,*
*খোঙ্থাংনা নোংলৈ নুংশিৎকী খোঙ্চৎ,*
*লেপ্তে ইবৈবাক নুংশিবগী ঈথক-ঈপোমদি,*
*লাকখি মতিক-মথৌনা লৈবশিংনা।*

অমম্বলত্তা নোংলৈ নুংশিৎকী খোঙ্চৎ পুরগা চৎনবা অদুগা শেমগৎপগা অমসুং মাঙ্হনবগা পূন্না শাম্নবিবা অসিগুম্নবা লৈবাক্কী নুংশিবদা ঙাওজববা অসিগী কাব্যগী খোমজিল্লবা মশক অসিবু পাবিবিবা পূম্নমক্লা মহাক্কী নুং-পানবু খঙ্বদা থোইদোক্লা মতেং ওইগনি অসুম্না ঐহাক্না থাজজে।

১৫ আগষ্ট ১৯৯৯ — কন্হৈয়ালাল নন্দন
১৩২ কৈলাস হিল্স, নঈ দিল্লী ১১০০৬৫

# কবি মাঙ্খ্রে করি ফংখ্রে মালেমসিদা

কবি মাঙ্খ্রে, কবি ফংখ্রে মালেমসিদা,
কায়নবা থুংনবগী লম্বীসিদা,
চৈ-থাংলুদে ঐনা কনাবু,
অদুবু নমথাকপীখি খোঙফম খুদিংদা,
য়েংজৈ হৌখিবদা মিংয়েং অমতং, নীংশিং পোৎয়োমদুদা মাবগা।

পৃথিবী চহী লাখ কয়া শুববনি,
পুন্সিসি লোইনাইদ্রবা রাবী অমনি,
নৈজৈ হকচাংগী মসাগী ঙমখৈশিং,
অদুম ওইনমক শবদ চামগী রাবীনি,
অসিফাওবদি যামল্লবনি, অনোইবা থোঙথাম্দা ঈশামক্লা থোঙ্ হাংদোক্কনি।

পোকপা শিবগী লেপনাইদ্রবা য়াওল,
পুন্সি লম্লোনবশিংগী য়াবেক শঙ্,
ঙসিনা'সিদা, হয়েংনা কদোমদা খোঙ্গানবা,
কনানা খঙ্গনি, কদোমদনা অয়ুক,
লোইনাইদ্রবা অমম্বা অতিয়ানি, থবায়শিংনা শাখপ তাল্লি।
নবৃক্লিংদগী খবসু মহাখদোক্লকউ!

“

নৈতে ঐ তুমিন্না, শক্তে ইশৈসু
মতমগী ঈংলবা ম্নরশিংনা খুইথহল্লে মহৈ মবোংবু।
অদুবু শীংনবি উল্লেনবু উপাল পবেং অমনা,
পূমচাই চাইরে মহম্মা,
নোকলি উপালনা,
শিঙ্গদে পিবাং নোক্তে মোমোন,
উননা কুপ্পবা পাংপান্দা ওংলি ইদোম ইশৈ।

”

# যক্ষগী য়াহং

ওবাং লৈবক্মী মখোয়,
লৈত্রে ওসি মখোয়,
ওসি লৈবিবা মখোয়,
লৈববোই হয়েংদি মখোয়।

ওইগদৌবা, ওইবোইদৌবগী খোঙ্চৎ,
অসুম্বা অদুম ওইদুনা লৈগনি,
ঐখোয়নি, ঐখোয় লৈগনি,
অকাওবসিসু য়োক্লুনা লৈগনি।

কবিনো অচুম্বা
ওইবিবদুবা নত্রগা ওইদবদুবা?
নত্রগা অনীমক অচুম্ববা?
লৈবিবদুনা মদুনা অচুম্বা ওইগনি,
লৈতবদুনা মদুনা ওইদবদু অচুম্বনি।
ঐদি নিঙ্ই মবমদি
ওইবা-নত্রগা-ওইদবা অচুম্বা অমখক্তি
মমায় অনীনি,
লেমহৌবা পুম্নমক অখঙ্বগী লৈখোক-লৈশিন্নি,
লৌশিংগী শাজেলনি।

তৌইগুম্বসুং ওইত্রবগী মতুংদা কবি ওই,
য়াহং অসি শাউখুম লৈতবনি।
অনৌবা থিজিন্নিবা খুদিংমক্না,
য়াহং অসি থিবা হোৎনরি

থিজিল্লিবশিংবু ৱাহংসিনা নমথাকপীরি।
ৱাহংসিমক্তি তশেংনা লৈরগনি ৱাহং ওইনা।
করিগুম্বা ৱাহং খরা পাউখুম লৈতবমক ওইরবা
অদু ওইরবদি মসিদা অমাঙবা করি লৈ?

হোয়, থিজিল্লিবসিনা লেপ্পা লৈত্রবা,
ধর্মগী খক্ত হৈরবা,
বিজ্ঞানগী থিজিল্লিবা,
নোংমদি, শোয়দনমক
হাংলনি লোল্লম্বা থোঙ্,
ৱাহং হংবগী মহুত্তা
পীবনি যক্ষ মশামক্লা পাউখুম।

# কৌরবনা কনা, কনানা পাণ্ডব

কৌববনা কনা
কনানা পাণ্ডব,
নাতে হুক্তবা ঝাহংনি।
মায়কৈ অনীদা শকুনিনা
থাকপা
লৌনম লাংনি।

থাদোক্তে ধর্মবাজনা
জুবারগী হৈনবী,
মীতিন খুদিংমক্তা
দ্রৌপতি
নংই ইকাইবা।

কৃষ্ণ য়াওদনা
ওসি
শোক্রুদৌরি মহাভাবতকী লাল,
কনাগুম্বনা নিংথৌ ওই
কপপা তাবনি অদুম্মক লায়ববদি।

# অরাংবা

অরাংবা চীংদোল্দা
উপাল অমতা হৌদে,
পাম্বী অমতা হৌদে,
নাপী অমফাও’ চোংদে।

তাবিবদি সুপ্লতগী উননি,
কায়কুপ ফিগুম পূমস্তৌ স্তৌ অদুগা
অশিবগুম্না পূমঙ্গং ঙংই।
শায়বি, হবাউনা নোক- খেনা তুবেলনা
মশাগী শক্তম শৌজব
মবাযবঙ্গীনি খঙ্গ কাপু শিঙ্খদুনা পিবাং চদুম-চদুন।

অসুক যাম্না রাংবা
মদুনা শোকপদা
ওনথঙ্ল ঈশিংবু নুঙ্.
অসুক যাম্না রাংবা
মদুবু উকবদা ওইর্গল্ল রাখল নৈতবা,
থাগৎপদা মতিক চায়,
চীংগাবে’য়শিংগীদমক্তা বাতনিন,
ভুগ্মী মদুগী মথক্তা ফিবাল য়ুংবা,
তৌইগুমসুং শেল্দাং অমফাওবনা,
ঙমদে শাবা মফমদুদা মকোন,
চোকথববা লংথৈ চৎপা কনানা,
যংঙিদে মদুগী মকমদা ম্রিৎকুপ’মতং পোখাজবা

মিংথক্তং উইশিনবা ফংই।
অচুম্বদি মসিনি মদুদি
        সুপ্পতগী অবাংবমক্তা অথোইবদি নত্তে,
        পূম্নমক্তগী পূমতোং-তোঙাল
        অকোয়বগী থিবমদগী তোঙালতা,
        মশাদগী কক্থৎ-খোংতংচ
        অহাংবদা মদোম লেপ্পনা
        চীং অমা ওইবগী নত্তে অথোইবা,
        উপায় লৈতবগী মতৌনি।
        অবাংবা অমসুং অকবদা
        সমুদ্রগা লাংখোঙ্গা খেন্নবগুমই।

মীদুনা অদুকী মতিক বাংলবা,
অসুকী মতিক নাইতোম তাই,
অকম্বা পূম্না পূঁজে মশামক্তা,
মাযথোঙ্দদি নোকশিন্নবি মোমোন,
কপ্লি মপুক্লিংদদি।

তঙাইফদ্রিবদি অসিনি মদুদি
        ওইববা রাংবগা লোয়ননা পাক শনবসু,
        মদুদগী মীওইবনা
        লৈথোক্লবা উকংগুম চপ লেপ্পুনা,
        অতোপ্পশিংগা তোংন-তিন্নগনি,
        কনাগুম্বগা লোয়নদুনা চৎকনি,
        কনাগুম্বগা পূন্নসু চৎমিন্নগনি।

মীয়াম মবক্তা মাঙলবা,
নীংশিং বাখন্দা লূপ্পবা,
মশামকপু কাউথোকচববা
        অসুম্না হিংবগী বাহম্বোক্তি
        নুংশিহল্লিবনি পূক্নিবু মনম

মালেম্মা পান্নিবদি থীক নোম্বশিংবু নত্তে,
মবেপ বাংবা মীগী ভগুাইফদবনি
অসুক য়াম্না হেক বাংবা মদুনা অতিয়া লাম্বা কংবা,
অনৌবা থবানমিচাকশিংদা মতিক-মগুালগী মরু হনবা গুম্বা,

তৌইগুম্বসুং অসুক বাংবসু নত্তে,
মদুনা খোঙ্দসু তিংথৌনা য়োমদবা,
কবিগুম্বা তিংখং অমফাওবা যূদবা,
অপোম্বা লৈরাং অমফাওবা শাত্তবা।

বসন্তসু ওইদবা, নাকেন থাসু ওইদবা,
ওইববা সুপ্নতগী বাংজকবগী অমম্বা,
শুপ্নতগী নাইতোম তাজকবগী অচীকপা।

হে ঐগী প্রভু!
কবিগুম্বদা পীবিগনু ঐঙোন্দা অসুক বাংবা,
অতোপ্পশিংগা লেঙ্গোলনবা গুল্লোইদবা
পী।বিগনু অসুক্কী মতিক খয়াক্লবসি।

# ইশং-শংলবা তিংথৌ মতোন্দা

ইশং-শংলবা তিংথৌ মতোন্দা
লিক্লাগী ঈবিকশিং
হৌজিক্তা লৈবশ্মী,
হৌজিক অমূক লৈত্রে।
অসুম্বা নুংঙাইবশিং
মদুতবু লোয়নহনবিয়ু মতম পূম্বদা ঐখোয়তগা
করিগুম্বদা ওইখিদ্রিবা,
কদায়দসু লৈখিদ্রিবা।

নোংপোক চিংথৈগী শিয়োমনুংদগী
তাইবঙ ফাওবক্তে কোবৌনা
নোংপোক লাইবেম্বীগী তম্পাকথক্তা
শান্নরক্তে মখোঙ্ মখূৎ কাওদুনা,
মদুতদা ঐগী লৈকোনগী
লৈনা পূম্বা খিংলক্তে মতু-মমান,
খূকমজশিবা ঐবু থোক্লকইবা নুমিৎপু,
নত্রগা মাগী মৈশাদগী মনিল ওনম্লবা
লিক্লাগী ঈবিকশিংবু থিকশিবা?

নুমিৎ অশেংবা অচুম্বা অমনি
ঙম্লোই মঙোন্দা নমথাক তৌবা,
অদুগা অশেংবা অচুম্বনি লিক্লাসু,
বাফম'সিমনা তোঙানবনি মদুদি লিক্লাদি মিৎকুপকীনি,
কবিগী হিংলোমদৌরিবা ঐনা মিৎকুপ-মিৎকুপকী ওইনা

ঈবিক-ঈরিকশিংদা চোইজাইনরিবা ফজবসিবু থকশিবা

থোক্লকখিনি নুমিৎসু অমুক,
শাবকখিনি নুংশাসু অমুক,
অদুবু ঐগী লৈকোনগী
ইশাং-শংলবা তিংথৌ মতোনগী,
লিক্লাগী ঈরিক্তি
ফংলরোইদো থৃতু পুন্নদদি।

# শকখঙ্বা

উথক্তা কাবিবা মী
বাংনা উই,
উখোংদা লেপ্লিবা মী
নেম্না উই।

মী বাংসু বাংদে, নেমসু নেমদে,
চাউসু চাউদে, পীকসু পীক্তে,
মীদি সুপ্লতগী মী অদুম ওই।

খঙ্দে কবিগীনো? চন্নবা, শেংলবা অচুম্বসিবু
সংসাবশিনা কবিগী খঙ্ড্রিবা?
অদুগা কবিগুম্না খঙ্লবা
য়্যানিংড্রিবা কবিগী মবুক্লিংনা?

মসিদা কবিসু খেন্নবা লৈতে
মবমদি মীদু কদায়দা লেপ্লি—
লম্বীদরা নত্রগা রথ মথক্তবা?
তোর্বন্দবা নত্রগা চেকপন্দবা?

খেন্নরিবা অসিদনি লেপলিবা মফমদো,
নত্রে লৈবিবা মহাক্লা মফমদুদা লেপ্পুনা,
কমদৌবগে লৈমায়দুগী ফিবম?

হিমালয়গী চাংদোন্দা য়ৌ,
এভরেষ্ট কাওম্বগী ফিবাল হাইহল্লু,

মায়পাক্লবা কনানা কল্লক মিহৌবনা চাক্লা
মহাক্কী মরুপকী মফমদা থাজবা মাঙ্হল্লবা,
মদুদা মাগী মরাল কবি
মরম অসিনা ঙাকপীকম থোক্কদৌবিত্রা মবমদি
মহাক এভবেষ্টকী অবাংবা কারুবে হায়দুনা?

নত্তে, লৈগনি অবানবদি অবানবা ওইন,
হিমালয়গী অঙৌবা পৃম্বনা
ঙল্লোই কৃপশিনবা অদুম্বা অমুবশিংদো,
শঙ্গোমগুম্না ঙৌববা ফিঙৌনা
ঙমদে লোংশিন-খুমজিনবা পৃক্লিংগী অমোংপবু।

হায় কনাগুম্বা সাধু কবি অমনা মদুদি
লৈত্তে মীওইবগী মথক্তা কনা অমা,
অদুবু ঐনা নীংই মদুদি মীওইবগী মথক্তা
লৈ মহাক্কী পৃক্লিং।

অপীকপা পৃক্লিংদগী ওইখিদে কনাসু অচৌবা
নীংবা কায়ববা কনানা মদোম লেপ্লা ঙমদে।

মবম অসিমক্তা ভগবান কৃষ্ণনা
খুৎশু-খুৎলায়না থল্লবা বথতা তোংখৎল,
কুরুক্ষেত্রগী লম্পাক্তা লেপ্লা
অর্জুনদা গীতা তাহনবা তাবশী।

পৃক্লিংনবু মায়থীরবদা ঙমদে লালঙম ফিবাল থেংপা,
লালঙম ফিবাল থেক্তনা ঙল্লোই পৃক্লিংবু জয় তৌবা।

চীংদোল্দগী ওল্লবকপদা
শোকই থোইদোক্লা।
শক তেকই,
চৈনানা পৃক্লিংদা চাকখৎলকই।

মসিগী অর্থদি অসি নত্তে মদুদি
চীং কানবা হোংনরিবদুবু থৌওইদবা,
মসিগী অর্থ অসিসু নত্তে মদুদি
অকোয়বগী ফিবমদা মায় পাক্লবা পূক্লিং লেপত্রে।

মী মফমদুদা লৈরে, লৈগত্রা মফমদুদা অদুম লেপ্তুনা?
লৈথোক্কদরা অতোয়গী থৌজালতবু ভাইদুনা?
অপঙ্বা মতৌগী মিং অসি পুন্সি নত্তে,
মীপাইদুনা চেনখিবা মী কোনুংদা চঙ্খিবা নত্তে।

তৌগদৌবনি মীওইবনা থবক্তা লালথেংনবা,
লালথেংনগদৌবনি অকোয়বগী ফিবমগা,
কায়ত্তবসু মঙ্লান অমা
শাগংকদৌবনি মঙ্লান অমা।

অদুবু বাংনিংবমখৈ বাংজৌ,
তারক্কনু মীওইবগী থাক্তগীদি,
থাদোক্কনু নশাগী লৈমায়থক,
লৈথোকখিনু নমায়দো ঈশ্বরগী মায়কৈদগী।

থোঙ্ নামখক লৈমায়থক্তা নেংলগা
বামন ভগবাননা আকাশ, পাতাল লৌখি।
পুবনি মালেমখক্তনা,
মসিদা ওইহনগনু কনানা অরূপা,
ওইবোইদৌবা নাপন্দা চাউথোক্কনু।

মীওইববু খঙ্বা হায়বসি,
নত্তে মহাক্কী লল নত্রগা ফিদাদগী
খঙ্বনি মহাক্কী পূক্লিংদগী।
পূকচেল শেংবা অদুদা
কপ্লিবনি কুবেরগী মবল-মথুম ফাওবনসু।

# পুক্নিংগী অপেনবা

মালেমসিদা
মী অসিমক অসুম্বা থবায় পানবনি,
মীয়াম মবক্তনা মদোম তবক, অদুগা
মদোম তরক লৈবদনা খঙ্গে লৈবনি মীয়াম্মা কোয়শিল্লগা।

পামজে মীওইবনা কাঙ্লুপকী মনুংদা লৈজবা।
ইমুং-মনুং শাগে-নাতৈদগী হৌরগা,
শেমগৎলি মখোয়না খুন্দংশিং
শেমগৎলি লম্বী-খুজং-কোনুং-শহর।

চাওখৎপগী তমথীববা খোঙ্জেল্দা,
শেংলবা চৎনবোলবু তুংওইনবম,
মহৌশা লাইবেম্বীবু মায়থীবা পীব,
পান্নি অশিববু খুদুম চন্দুনা থম্বা।

মশা কনজনবগীদমক
অতোপ্পবু মাঙ্হন্নবগী মচাক-মথুম পৈশিল্লি।
অতিয়াদা মবাল শীজিল্ল,
মালেম্বু ফি খোংহন্দা,
নুংশিৎপু হু চেলহল্ল,
চিংনবা লৈতে হু চেলহনবদা ঈশিংবু।

অদুবু, পুন্নমকসি তৌরবগী তুংদা
মহাক্না মদোম ফন্নগা বাখল তৌই,
মদোম তবক, অমুক য়ূমগী কাচিন ওই,

নত্রগা চবাংনবনা থল্লবা কৈথেল,
নত্রগা মণ্ডালগী খোঙ্জেলদগী য়াঙ্লবা এরোপ্লেন,
নত্রগা কনাগুম্বা বিজ্ঞান হৈববা মীগী চাংয়েং শঙ্,
নত্রগা মন্দিৰ,
নত্রগা মোংফম।

নৈনবকই মতমদুদা মশানা আত্মাবু,
হাংদোক্লকই পূক্রিংগী লামায়,
হায়জরকই মশামক্তা,
লৈতে অমাঙ্-অতোংগী অইবা চে-চাং,
লৈতে করি মাঙ্খ্রে, কবি ফংলক্লেগী হিসাবসু,
য়েংলকই মীদুনা মতমদুদা পুন্সিবু মপুম ওইনা ওন্দুনা,
মশাগী চাংয়েংদা মশামকপু কন্না লাকশিল্লা,
নুংশি হৈতবগা লোয়ননা য়েংই, চাংয়েংই,
কবি হায় মতমদুদা মহাক্তা মবুক্রিংদা—
মসিগী খোইদোকপনি, মসিনা মদুগী অচুম্বা-অশেংবনি।

অবোইবা খোঙ্চৎকী তানফমদা,
কায়নবগী মতমদা,
পুন্নমক্তা শেৎন-থাইনবক্লবদা,
হকচাং ফাওবসু লোয়নবক্তে,
মতমদুদা আত্মাগী অবাবগী কোক্
মতমদুদা কনাগুম্বনা মখূৎ থাঙজত্তুনা অসি হায়বা ওন্নবা
পুন্সিদা মহাক্তা তৌখিবা খুদিংমক,
তৌখিবনি অচুম্বমক্তি খল্লগা,
নত্তে কনাগুম্ববু খঙ্না খঙ্না অশোক-অপন থোকহন্নবা,
তৌখিবনি অচুম্বমক্তি খন্না,
মদু ওইরবদি মহাক লৈবগী অর্থ চেল্লে,
মহাকী পুন্সি মহৈ য়াল্লে।

মদুগীদমক পাউবৌসি শেম্বনি,
পূক্রিংনবু শেংলবদি য়ুমী খুজাইদসু গঙ্গা লৈ।

নুয়োর্ক - ১৯৯৪

## ঐ খল্লকই

য়াঙলবা খোঙজেন্দা চেল্লিবা বসশিং,
বসকী মতুংদা চেন্নরিবা মীয়ামশিং,
মচাশিং শেন্নরিবী নুপীশিং,

সোরোক্তনা অসুকী মতিক উফূদ হৌই
ঐহাক কবিমতা উবা ফংদে,
ঐ খল্লকই।

পারি-পুবি খন্নবগীদমক মিং উইশিল্লি,
ঐ মীং উইশিল্লবতদা বাখল খল্লি।

বসশিংনা মখোয়গী থাকমদা কবিগী থাদ্রিবা?
মীশিংনা পরেং অমদা কবিগী চত্রিবা?
অসুম্না কোয়চেন-চেন্নবসিনা কয়া কুইনা তৌখিনি?

লৈবাক্কী কোনুংদা,
সংসদকী মমাঙদা,
হৌখিনি উফূদ কয়া কুইনা?

ঐ ইমীং উইশিল্লি,
ঐ কবিমতা উবা ফংদে,
ঐ খল্লকই।

# হিরোশিমাগী চৈনা

অহিং অমদি
ইখঙ্-খঙ্হৌদনা ঐ তূম্বা কায়,
মীং পাওখোক্কই,
ঐনা খল্লকই
বিজ্ঞান হৈববশিংদুনা এতোমগী খূৎলাইশিংসি
শাখিবনি মখোয়নাঃ
মখোয়না হিরোশিমা নাগাসাকীগী
অকিবগী মশক ওইববা মীশি-মীনাগী পাউসি তাবগা
কবয়া অহিং অদু তূন্নমগনি?

য়াবক্তা চঙ্বা মশিং,
মীত্তা চঙপ্লবা উফূল,
খুয়াদা য়ূবা তিংখং
উইথবক্লবা মিং
তাম্বোকখি পূক্রিংগী নুংঙাইবা পূম্বা।

মবী-মতাগী অশি-অনা,
নুংশিববা কনাগুম্বা লৈখিদবা,
শকখঙনবা কনাগুম্বা শিখিবা,
অয়োকপা শা ফাওবা কায়নবদা
থম্মোয় কায়, অসুক্কী মতিক ৰাবনা থল্লি
ফনা য়াম্না হোৎনববসু তূমনিংদে
হক্কং-হপ্দা ওন্দুনা অহিং হৌখি।

তৌইগুম্বসুং মখোয়গী খিজিনবদুদগী
শাখিবনি অবোইবা খুৎলায়সে
মদুনা আগষ্ট তরুক শোক লিশিং অমা চামাপল নিয়ুমগী অহিংদা
হিরোশিমা-নাগাসাকীদা অশিবগী লাইনা তাণ্ডব জগোয় শাব
বলি তৌখি মী লাখ অনীদগী হেনবগী পুন্সি,
মী লিশিং কয়াবুনা পুন্সি চুম্নগী ওইনা শোয়নাইহনখি

মখোয়না মিৎকুপ অমগীদমক তশেংনা, মসি
নিংশিংখিবরা অপাননা মখোয়গী মখুৎনা তৌখিবা খবদু
অফবদি নত্তে?
কবিগুম্না নিংলম্নবদি মতম্না মখোয়বু শাবংদা থম্লোই,
কবিগুম্বদা মখোয়না নীংলমম্রবদি ইতিহাসনা মখোয়বু
কবিগুম্বদা সুকণ্ডাক ঙাকপীবোই।

# মায়ওন্দা

ঐ অবাপ্পা উবা ওন্মী,
ঐ ফক্লাংদা ইবা, পাবা ওন্মী,
অদুবু পাবা ওমদে খুবাক মইদি।
        ওমখৈগী বাংমদা চাক্লিবা মৈবী
        ঐ উবা ফংই,
অদুবু খোঙ্গী নাক-য়েৎ অনীদা চাইবিবা অশাবা উৎ
উদে মিৎসিনা।
ঐসিবু হনুবক্লববা?

দিসেম্বর কুনমঙা খুদিংমক্তা
হিংনবগী অনৌবা থাক অমদি কাখৎলি,
অনৌবা মায়ওন্দা
অতোপ্পশিংদগীদি বাংনা, ইশাদগীদি হেন্না লালথেংনৈ।

        ঐনা মীয়াম্বুদি ভুমিন্না লৈহল্লি,
        অদুগা ইশামক্না পাউখুম পীবদি ওমদে।
        ঐগী পূক্নিংনা ঐবু ঐমক্কী বায়েল শঙ্দা কৌখৎলগা
        তৌবকপা বাহং-পাউহং,
        ঐগী বাশক চেনা ঐমক্কী মায়োক্তা বাকৎলকই,
        অদুদদি ঐ মায়থীবে কেশতা,
        ইশামক্কী মিৎয়েংদা ওইবে মবাল লৈবা।
অদুদগীদি ঐ কবিমতা উবা ফংদবে,
অথাপ্পগীসু, অনকপগীসু,
ঐগী চহী ইখঙ্-খঙ্হৌদনা চহীতবা হেনগৎখি,
ঐ তশেংনমক হনুবে।

---

দিসেম্বর ২৫, ১৯৯৩ মপেক নুমিত্তা ইখিবা

# শক্তি

মবাল লৈজব্রবা অঙাংশিং,
অহল ওইরবী নুপীশিং,
মথোং কাবক্লিবা পাখংমচাশিংগী
অশিবা মপৈদা কাখৎলগা
শক্তিগী তাংবল ফাওবা য়ৌনিংলিবশিং
মখোয়দুদা হংলি ঐনা ঋাহং অমাঃ
        অশিবশিং অদুগা
        লৈনদববা মখোয়গা মবী অমতা?

লৈতবরা তশেংনা ধর্মগসু মবী,
লৈতববা পৃথিবীগসু মবী অমতা?
'মালেম ইমা অমসুং ঐখোয় মহাক্কী মচানি।"[1]
অথর্ববেদগী মন্ত্রসি
ওইববরা শুপ্লতগী শোম্নবগী,
নত্রবরা হিংননবগীদি?

        মৈনা চাক্লবা অঙাংশিং,
        অপাম লাংদা থুববী নুপীশিং,
        উৎ ওনত্রবা য়ূম
        নত্তে চাউখংপগী শক্তাক,
        নত্তে মবৈবাক নীংবগী তকমান,

---

1 মাতা ভূমিঃ পুত্রো অহং পৃথিব্যাঃ (অথর্ববেদ ১২ঃ১ঃ১২)

মখোম্রশিংসিনা ওইরবা করিগুম্বা লাউখোকচে অদু ওইরবদি শা ওইবগী মতৌনি,
খুদম ওইরবসু অতোনবা মওংগীনি।
অসিগুম্বা কত্তবা মচাশিংসিদগীদি
ওইরম্বনা হেক ফরমগনি মমাদো চাবোক্তবী।

মরাল লৈজম্রবীশিংগী ঈ তৈরবা নিংথৌগী তাংবল,
মোংফমগী উফুদগীসু হেন্না ফংত্রবনি,
শক্তিগী কাথবা গুমদ্রবা অরাম-থৌরাংবা
হেন্না ফংত্রবনি ঈবু ঈথৌ লাংবদগী।

চহী লিশিং মগাগী সংস্কৃতিঃ
নাশল তৌসিরা নত্রগা কপসিরা?
ইশাগী কান্নবগী লমজেন্দা
মাঙহনগনুসি করিগুম্বদা অমুক হন্না নীংতম্বু।

## লল্ থুমগী মুৎনাইদ্রবা খোঙ্গুল

মায় পাকপগী মতাং'
পুল্সি লালফমগী অমম্বা পুংজাশিংদা
খজিক মায়থীবগী পীক্ক-পীক্কবা মীৎকূপ
হৌখিবা মতমগী মতিক-মগুণ চাউববা রাবীশিংগী
অফ-শক্তমখক নীংশিংলুবদগী ঙাম্থোক্লকপা
তুংদা মায় পাক্লকদৌবদুনা নুংঙাইবক্কদৌবগী
লম্বীবু পাক চাউথোকহল্লি
থাশিগী শুক-শুনা মন্নবা অহিংগী
থম্মোয়নুং
পুর্ণিমাবু নীংশিংলুবগা
নীক্লককই থক-থক্তুম।

তুবেলগী ঈয়ায়দা
মায়থী পীঙমদ্রবা নুপাথোকপগী গুণনা থল্লবা
ঈথক-ঈপোমগা লোয়নবা
হিংবগী রাংলবা ঈথক-ঈপোমদা
নোক-খেনা শান্নবিবা
নীংবা কায়বগী অকিবগী মশক ওইববা ইবৈগা
হবাও-নুংঙাইবগা লোয়ননা লেঙ্গোলনজবা
নুংঙাইথোক্লি।
চীংজাওগুল্লা ঈথক-ঈপোমশিংনা
ঙমদে মহাকপু কিহনবা
মানবু অফবা রাখল খল্লমগদবা?

মীৎকৃপ খবগী হেক মমাঙ্দদি
মনীং তম্না মহাক্না
লাকখিবনি তুবেল তোর্ব্বানগী অচোৎপা মফম থদোক্লন্নগা
কিরুগনি করিবু মানা?
মীৎকৃপ খরগী হেক মতুংদদি
লালথেংনবগা কন্না তুরেলগা
লাম্থেক্লক্লগা
ললথুমগী মৃৎনাইদ্রবা খোঙ্ফম
য়েক্লমগনি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী কোক
চাউথোকচবগা লোয়ননা
খজিক বাংনা হাইগৎলগা য়েংলবা,
মালেমগী অতিয়া মকোয়দা
ঐখোয়গী ফজববা মিংচৎকী
মশিং লাকওমদ্রবা খাউঁমৈ ঙান্দুনা লৈবি।
যুগ কয়াদগী ব্রজগুম-কল্লবা থম্মোয়দা
ঐখোয়গী মায় পাকপগী উবোং খিল্লি।
লোইনাইদ্রবা হৌখিবা মতম
ঐখোয়গী মক্রুবা ফজবদুদা ঙক্লি।

লাক্লদৌবিবা মতমগী মশীং থিঙমদ্রবা পুংজাশিং
ঐখোয়গী মায়পাকপগী লৈবাং পবেং লেংনবগী
লংশুং তাননবগীদমক
লেপল্লি ঙাইদুনা তুমিন্না।
ঐখোয়গী মায়পাকপগী মালেম শীন থুংলবা ইতিহাস
ধর্ম লৈতবগী মথক্তা ধর্মনা মায়পাকপগী ৱাবীতনা শেন্নি।
ঐখোয়গী লৈবাক্কী পুন্সি ৱাবী
শেংলবা লৈবাক্কী ওইবা ৱাবীনি।

# মৃৎনাইদ্রবা মৈনি

বারবা থশ্মোয় কোটি-কোটিদা
চাকখৎলক্লিবা মৈরিদো,
মৃৎনাইদ্রবা মৈনি, মৃৎনাইদ্রবা মৈনি।

অবাং মায়কৈদা মায়থী-পীগুমদ্রবা লালবনগুম,
যুগ-যুগ কয়াদগী মীৎশিং-নাশিংলবা থোঙ্ঙাকপা,
শক্তম নাইনা লেঙ্দনা, পুক্লিং চেৎলবা লৈবাক নীংবগী মতৌগুম,
লৈরি চেৎনা লেঙ্দ্রবা পাক-চাউরবা হিমালয়না।

নোংমদোন অতিয়া মকোইদা খেৎপগুম,
মিংচৎকী মপেগুম,
থাউমৈগী মক্রুবা মঙালল্লক্তা—
পৃমঙাল পৃমঙাল ঙাল্লিবা—
ঙাল্লিবা নুংঙাই পূজা ওইববা ইমাগী লাইবক্লি।

কনানা হায়বি মহাকপু হিমালয়?
মদুদি উননা কৃপলিবা মৈগী চীংনি,
মকৃপ-মকৃপ, মরিক-মরিক, শুক্ল-লুব লোক্লুং,
ঙংলি-নিল্লি হৌজিক ফাওবা খোঞ্জেল থোক্লা
ডমরুগী ডম-ডম হায়বা ভৈরব-রাগগী খোঞ্জেম্না।
গৌরী শঙ্করগী চীংদোনগী লোক-তাই
নুঙ্জাও-চীংদোন, ঈশিং-ঈফুৎ, উমং মচা-অচৌবা
নাপী-উপালনা পৃমলং-লং

মহাদেবগী অহমশুবা মীৎকী
প্রলয়গী মৈনা পূমলং-লংনা ঙাল্লি
মদুবু শোকচরগা,
মীৎকূপ অমথক্কী মনুংদা
থজিক্তা ওইববসু কান্নবা পী।

মৈ'সি পুদুনা নুমিৎ থুদিংগী নোংপোক লাইবেপ্পীনা
শেম-শাজবি মশাবু তঙাংনা ফজনা,
অদুগা কোবৌহনবগী য়াক্লবা,
সনা মচুগী হকচাং,
মৈ'সিদা ইক্ল-ইক্লগা
অহিং-অহিং, নুংথিল-নুংথিল,
চাক্ল-চাক্ল, মিৎকূপ থুদিং,
লৈশেম্বা প্রলয়গী অমম্বা মপৈনা
মালেম্বু লম্বী উহনবিবি।

মৈ'সি পুদুনা হিন্দমহাসাগরগী থম্মোয়
চাকহল্লি মৈ ব্রং-ব্রং হৌনা,
ঈথক-ঈপোম্না প্রোক-প্রোক চাক্লবা মৈবি ওই
নোংপোক নোংচুপকী তোর্বাল শোক্লা,
চহী কয়াদগী লাইবক থীববা অহিংদা
তূম্লিবা নুংশাকশিংবু মৈ হৌনা চাকহল্লি।

মীৎয়েং থুদিংদা মৈ'সি পুবা,
খোঙেল থুদিংদা প্রলয়গী বাগ শক্লা,
হিংলি হৌজিক ফাওবা ভাবতনা।

মৈ'সিগী মক্লবা মৈঙালদা,
সমুদ্র তবেংকী, ঈশিং ঈচেন্দা,
গঙ্গাগী লূববা ঈচেন্দা,
ভুবেল তোর্বানশিংদা,
উনাগী থাংপোক্তা, উনাগী ফিদাদা,

ঋষি-মুনি কোটি কয়ানা
মতৌবা জ্ঞানগী অমৃত থক্লম্মী
মদুগী অবেমথাক খজিত্তং
মীবৈবাকচা নোংচুপ্পা,
থৌজালগী খুদোল পোৎকুম,
মপুন্সিবু মহৈ য়াম্লে খঞ্জবগা
মথুং তিংথোক্লগা,
ওকচখি হয়াউ-তবাম্মা।

বেদ পুম্নমক্কী মন্ত্র খুদিংমক্তা,
মন্ত্র খুদিংমক্কী পবেং-পবেংশিংদা,
পবেং খুদিংমক্কী বাহৈ-বাহৈশিংদা,
বাহৈ-বাহৈশিংগী ময়েক অমদি স্ববদা,
মতৌবা জ্ঞানগী মঙালনা পূ মঙাল ঙাম্লা
অচুম্বা, অবেম্মা, ফজবনা লৈতেংলা
কপিল, কনাদ অমসুং জৈমিনিগী
মখোয়গী মাঙ্নাইদ্রবা বাখল্লোনশিং ফোঙদোক্লা,
মমুৎ তানা নৈনবা, অমগা'মগা ঙাঙ্নন-শক্লবা,
ব্রহ্ম, জগত, মায়াগী বাখল্লোন।
ঙংলি মীওই কোটি কয়াগী খোল্লাওনা
মঙ্গলগী মশক ওইববা স্বর্গগী ওইবা খোঙ্গেলনা,
মৃৎনাইদ্রবা রাগনি, মৃৎনাইদ্রবা রাগনি।
মীওই কোটি কয়াগী বাববা থম্মোয়শিংদা
চাকখৎলক্লি অদুগুম্লবা মৈবি
মৃৎনাইদ্রবা মৈনি, মৃৎনাইদ্রবা মৈনি।

মৈ অসিনা সববু তুবেল তোর্ব্বান্দা
দশরথ নিংথৌগী কোনুং মনুংদা,
অমংবা নোংলক্তা নোংথাঙ্না কুফেৎ-কাফেৎ ঙানবগুম,
ফোঙদোক্লম্মী, চাকখৎলম্মী মৈরি থোক্লা।
হিংচা-য়াইতম্বশিংগী ধর্ম লৈতবনা
নৈহৎপীববা য়াইফববা লৈবাকসিগী মীপুম খুদিং,

চিংনববা পুক্লিংশিং,
মিপাইববা ব্রাহ্মণ,
লাংতক্লরবা মুনিবরশিং,
ঙাঙ্নরম্মী ধর্ম লৈতবগী বাফম
অরুবা ওইরে ধর্ম ঙাকপদা,

মতমদুদা মবৈবাক ঙাক্লবগী লৈবাক্কী
য়াকায়বক্লম্মী তূম্মুরবা ক্ষেত্রিমচা ওইবগী বাখল।
ফাওবক্লম্মী তুখোং তুখোং খুদিংদা মৈরিসি,
মদুনা
চাকথেক্লম্মী ফজবশিং,
ইবৈবাকপু কনখি,
শকখি মদুবু বাল্মীকিনা ইশৈ ওইনা।

য়েংনখি মদুবু সংসাবসিনা পুমঙক-ঙক্লা
সীতাগী সতী ওইবগী মৈবি,
ঙকখি মদুবু উবগা মালেম্না
নুপী ওইবীশিংবু ঙাকশেন্নবগী মতমদুদা
মীদা নত্তনা য়োং ফাওবনসু মখোয়গী
অশিবগী বলিগী কন্নাকথক্তা,
মশীং লাকঙমদনা
কৎখি থরায় হবাউ মোমোন নোক্লা।

চাকখৎলম্মী মৈ অসি
যমুনাগী মিপাইববা অরাবশিংদগী,
ওৎপী-নৈবীবদগী চোকথববা ব্রজগী
শিবাংগী সমুদ্রদা মৈজাও ওইদুনা
খাঙ্বা ঙমগদগে কনানা ইমাগী মীকপ্পু?
মরাইবক থীরবী দেবকীনা কৈশুমশাঙ্দা
চাকখৎহনখিবনি মৈ অসি মদুনা
কৃষ্ণগী শক্তম লৌব পোকখায়বকখি।
মদুবু শোক্লগা,

মমাগী খুৎকী খুজিশিং,
খোঙ্গী খোঙ্জিশিং,
তৎখিবম্মী মতৎ-মতৎ।

পাঞ্চজন্য মোইবুংগী ভৈরব বাগগী খোঞ্জেল তাব
লাঙ্তক্রববা সুদর্শন চক্র শাউবকখি,
অর্জুনগী গাণ্ডীব,
ভীমগী গদা,
যুধিষ্ঠিরনা লৈখি ধর্মদা লেঙ্দনা
মৃৎনাইদ্রবা লৈবাকসিদা,
লালফমগী লৈবাকসিদা,
ধর্মগী ওইবা লৈবাকসিদা,
থবক্কী ওইবা লৈবাকসিদা,
ঙংখৎলক্লি গীতাগী খোঞ্জেলনা,
মঙ্গলগী মশক ওইববা মীপূম খুদিং য়াইফবি।

ময়েক চৎত্রবা, অপঙ্বা মাসেম্মা ফংজখি
মকোক নোম্লগা লনগৈ অমা।
দর্শন শাস্ত্র হৈবা কনানা পীঙম্মী
হৌজিক ফাওবদা অসিগুম্বা পুম্নিবু শকখঙ্বা মহৈসে"

কালিন্দীগী লাইজ ঈরাউখোল অমদি তোর্বান্দা
কৃষ্ণগী চীনবান্দগী খোক্লকপা খোঞ্জেন্দো
বাগনি মৃৎনাইদ্রবা, মৃৎনাইদ্রবা বাগনি।

মীওই কোটি কয়াগী রাববা থম্মোয়দা
চাকখৎলকইবা অদুগুম্বা মৈবিদো,
মৃৎনাইদ্রবা মৈনি, মৃৎনাইদ্রবা মৈনি।

"

খুৎ অমদনা লৈশেমনবগী;
অতোপ্পা অমদনা চৎলি ঐখোয়না প্রলয়বু পুদুনা
চাকখি মিংচৎ খুদিংমক মৈবিদা,
চাক্লি ঐখোয়না অমম্বদা।
উবি মিত্তনা লল-থুম অচাউবমগী মঙ্,
খোঙ্থাংনা নোংলৈ-নুংশিংকী খোঙ্চৎ ওই,
লেপ্তে ইবৈবাক নুংশিবগী ঈথক-ঈপোমদি,
লাকখি মতীক মথৌনা লৈবশিংনা।

"

# শকই অনৌবা ইশৈ

তৎলবা তাবাদগী থোক্লকপা বাসন্তীগী খোঞ্জেন,
নুঙগী থম্মোয়দা অনৌবা ময়োল চোংলকখি,
কেনখরে নাপু মাল্লবা উনা পূম্বা,
খোংলি কোকিলনা অহিংদা,
নোংপোক মায়কৈদা ঙাংঙ্গানরবা লৈই উবা ফংই।
শকই অনৌবা ইশৈ।

তাবিগনি কনানা কায়থ্রবা মঙ্‌লানগী অৱাবা মীকপ্পু?
থম্মোয় খায়দোক্লুনা লেপ্লৈ অৱাবনা মিৎমাঙ্‌দা চপ্‌-চপ্‌।
খল্লোই মায়থীবে হায়না
শেম-শাগনি নৌনা লাম্ফেংননবা
অশিবগী মরায়বত্তা ইশিল্লি-মূৎথৎলি।
শকই অনৌবা ইশৈ।

# কায়খ্রে মঙ্দি

খূত্তা য়েক্লিবা ম্নাইঙংনা নাপুনি
খোঙ্দা য়েক্লিবা মেইঁদি কংদ্রি
মীৎ উইশিন্দ্রিঙৈগী মমাঙ্দা কায়খবে মঙ্দি

মৈ মূৎথৎলগা দিব্বালী তৌনবি
অদুবু থাশিগী অমম্বদি কোত্তংবি
অবেম্বা তাবে কৌশিঙকব্বা শাউখ্রে সনা মচুগী অয়ুক্রা
কায়খরে                                  মঙ্দি

মহৌশা লাইবেম্বীগী কুম্মৈ অঙকপনি
পূম্নমক মৈদা কথোক্লবগী থৌবংনি
হৌজিক্তা চংলি খোঙ্যম অনী লৈকংলাদা চংমিন্নবম্বদি কায়নখবে।
কায়খবে                                  মঙ্দি।

১৯৭৯ দা জনতা পার্টি কায়রবগী তুংদা পূক্নিংগী খিন্নমদা ইখিবা

# হৌখরে চহী অমা

হৌখবে চহী অমা

কাথেক্লুনা কালেন থা,
শবদকী থাবল নীংবা কায়না,
হিক-হিক কপল ইঙেন থা
নীংজবন্থা পুম্বা কায়খবে,
হৌখবে চহী অমা।

থল্লি শাবংদা নমশীল্লি জগৎপু
অদুবু বাববা থবায় চেক্লানা
মালেমদগী নোংমদোন ফাওবা
নিলখবে লীপুন নাম্মোকপগী ইশৈনা,
হৌখবে চহী অমা।

লগী য়েংল মীৎমানা
থীবি নুমিৎ মশীং, মীৎকূপ, পূংজা
হল্লকখিগদবা কবিগুম্বদা
কায়নত্রবা থম্মোয়গী মরুপ্তো,
হৌখবে চহী অমা।

ইমর্জেন্সিগী মতমদা জেল মনুংদা চহী অমা হৌদ্রবগী মতুংদা ইখিবা

# নীংতম্বা নুমিৎকী খোল্লাও

আগষ্ট তবামগুাগী নুমিৎনা হায়বি মপূং ফাদ্রি নীংতম্বা।
মঙ্ চুম্বা বাংলি, রাবীগী বাশক ফাদ্রি মপূং॥
মখোয়গী অশিবা হকচাংদুদা খোঙপাক্লা নেংলগা লাকখি নীংতম্বনা তাবত্তা।
হৌজিককাওবা লৈত্রি মখোয়গী ময়ূম-মকৈ, অরাবগী অমুবা লৈচিন্না কৃপ্নি॥
কোলকতাগী খোঙলম্বীশিংদা খাঙলি মখোয়দুনা নোংজু-নুংশা।
হংউ মখোয়দুদা আগষ্ট তবামগুাগী মবমদা মখোয়না কবি হায়বকই॥
হিন্দুগী মবী-মতানা মখোয়গী অরাবা অদুদা কবিগুম্বা নখোয়না ইকাইববা।
অদু ওইববদি চংলো গুমখৈদুগী বাংমদা, মফমদুদা সভ্যতাবু নৈহংলিবনি॥
মীওইবা মফমদুদা য়োন্নবনি, অফবা ব্রাখল্লোনসু লৈনবনি।
কপ্নি ইস্লামশিংনা হিক্-হিক্, নোক্লি ডোলবনা মবৃক্লিংদা॥
চাক লান্নবশিংদনা নোংমৈ মক, য়াননিনবী ফি খোংত্রবশিংদনা খুংলাই।
কংলবা খৌনাওশিংদগী লাউহল্লি ধর্মগী ওইবা লালগী খোল্লাও॥
লাহৌব, কবাচী, ঢাকাদনা অরাবগী মন্নবা নোংহৌনা কৃপ্নি।
পখতূনশিংগী মথক্তা, গিলগিতকী মথক্তা অরাবগী মশক ওইববা মীনাই ওইবগী মমি।
মসিমক্লা হায়বনি নীংতম্বা হৌজিক মপূং ফাদ্রি।
কবম্না হবাও-নুংঙাইগনি ঐ মতম খবগী উপায় লৈতবগী তৌবনি॥
মতম অদু লাপত্রবনি মচেৎ তাত্রবা তাবতপু অমুক হন্না পুন্সিল্লগনি।
গিলগিত্তগী গাবো চীং ফাওবা নীংতম্বগী হবাও কৃম্মৈ পাঙখোকনি॥
অদুগুম্নবা নুংঙাইববা নুমিৎ অদুগীদমক্তা কন্না হোৎনবসি, থরায় কখোক্লসি।
ফংগ্রবশিং অদুদগী মাঙ্হনগ্রমসি, মাঙ্খ্রবশিং অদুগীদমক বাখল তৌসি॥

# নীংশিংসি মখোয়শিংদুবু

চহী কয়া চুপ্পা জেলদা লাম্ছেংনবিবশিং, নীংশিংসি মখোয়দুবু,
শান্নবগুম ফাঁসীগী শগাই কাখিবশিং, নীংশিংসি মখোয়দুবু।

নীংশিংসি কালা পানীবু,
অংগ্রেজশিংগী অনীংবতা তৌববু,
কোলুদা পুন্সিল্লগা থাউ সুম্বা,
সাবককবনা থবায় কংখিববু,

নীংশিংসি নাপংবা সবকাববু,
বোম্মা নীকহল্লিবা তাংবলবু,
ভগতসিং, সুখদেব, রাজগুরুবু,
মখোয়না থবায় কংখিবা অশেংবদুবু,
অবানবা তৌবগা লাম্ছেংনসি, থৌজালগীদমক্তা হায়গুমসি।
নীংশিংসি মখোয়শিংদুবু।

নীংশিংসি ঐথায় পুর্তগালবু,
মীওং-মীনৈগী চহী কুম্থাদুবু,
লাম্মীশিংগী খোঙুউপ বুটকী মখাদা হৌখিবা লালহৌগী
চাকখংলক্লিবা পাক শন্নবা মৈবিবু।

নীংশিংসি সালাজাবশিংবু,
জাবশিংগী মীওং মীনৈশিংবু,
সাইবেবিয়াগী মবৈবাক্তগী তাম্থোকপীগ্রবশিংবু
মখোয়গী তাংজফমশিংগী অৱাবশিংদুবু,

নীংতম্বগী অনৌবা লাল অমগী খোংগৎলসি মোইবুং।
নীংশিংসি মখোয়শিংদুবু।

লাক্লে থরায় কৎননবগী তাঞ্জা,
লাউবি লোকতন্ত্র কনবিনবা,
হিংগনি মহাক ইকায় খুম্ননা,
মদুগী লমন তোলহৌদ্রবদি।

নীংতম্বনা পাল্লি পাঙ্গল পুন্সিন্নবা,
তানবনা অফবা তিন্নবনি, ভক্তিনা অকিবা লৈতবনি,
মিংচৎনা মণ্ডাল লৈবনি, পুক্লিং তম্না হিমালয়গুম্মী
নীংতম্বনা পাল্লি খোঙ্চত্তো অপনবা লৈতবা।
অবোইবদা মায় পাকপদি শোয়দবনি, লম্বীদা
কবিগী ব্রাকগদৌরিবা?
নীংশিংসি মখোয়শিংদুবু।

# লাল থোকহল্লোই

ঐখোয়না লাল থোকহল্লোই !
মালেমদা শান্তি থম্লবা হোৎনবিবা ঐখোয়নি, লাল থোকহল্লোই !

কবিগুম্বা লবুক্তা অমুক হন্না ঈগী লৈহাও চেলহল্লোই,
লৌ-ইংখোলশিংদা অশি-মহয়গী মগাল শাৎহল্লোই,
অতিয়াদগী কবিগুম্বদসু মৈগী নোং চুথবক্লবোই,
এতোম বোম্মা নাগাসাকী অমুক হন্না চাকহল্লবোই,
লাল লৈতবা সংসাব অমগী মঙ্গলান কায়হল্লোই।
লাল থোকহল্লোই।

খুৎলাইশিংগী মপৈথক্তা ওইবি মখোয়গী লৈফম,
চীন্দনা শান্তি, নাকন্দনা বোম, লৌনম নমথাক্কী লাংনি,
কাইকুপ ফি য়োম্লিবশিংদুদা হায়বিয়ু লাউবগা,
সংসাবনা খঙ্খবে মখোযগী অশেংবা মায়থোঙ্,
লাল থোকহল্লোই।

ঐখোয়না শান্মী শান্তি, পুন্সিবু নুংশিজৈ ঐখোয়না,
ঐখোয়না শান্মী শান্তি, থৌবাংলবনি শেমগৎ-শাগৎনবা,
ঐখোয়না লাম্ছেংনবি চাক লাম্বগা, লায়নাশিংগা,
লাকপিবগা মাঙ্দা তেংবাংবিবলাউ মালেম পূম্বনা।
ইশং-শংলবা লৈমায়বু ঈগী মচুদি ওইহল্লবোই।
লাল থোকহল্লোই।

ভারত পাকিস্টান য়ূদ্ধোল্লবনি, তোংন-তিন্নদুনা লৈমিন্নগদৌবনি,
নুংশিনরবসু নত্রগা খংনরবসু অনীমক্কা খাঙ্বা তাবনি,
অহন্নক হন্না শোক্রখরে লাল, কয়াম্না তাঙ্খি পোং-চৈদি,
রুসকী বোম ওইয়ু নত্রগা অমেবিকাগী, ঈখোঙ্দি অমতদগীনি।
ঐখোয়দগী হেন্দোক্লুনা অঙাংশিংগদি তিন্নহল্লোই।
লাল থোকহল্লোই।

# পূক্নিং লাঙ্তক্লবা

কবিনা অচুম্বা, কবিনা য়াইফবা, করিনা ফজবা?

অশিববুনা ঈরাংপা,
মহাদেববুনা ইম্বোকপা,
হায়সিবা নাতে চাদবনি নত্রগা মশক ওনবনি?

শরুক অনী মবল মথুম্না,
পূমহাঙ্ হাঙ্বা মনুংদনা,
হায়সিবা চাওখৎপনি নত্রগা মফম হোংবনি?

শুপ্লতগী মওং হোংববা?
নত্রগা নৌনা শেমগৎপবা?
হায়সিবা য়াইফবনি নত্রগা লৈথোক্লসিবা তুমিন্নদুম?

লেনিনগী মোংফম চিক্লবগী মতুংদা ইখিবা

# কপ্না কপ্না অহিংদু তূমখি

শমসূ হাইথবক্তে
মিংসু উইথবক্তে
নীংশিংলুবা রাখল পূম্বা মাঙ্খি।

অবিবনি অনাবদি,
মকুপ-মপাং খঙ্দে,
খঙ্হৌদনা ইনুং ঙাল্লকখি।

নোংহৌ লাকখি,
তাবক্তে ঈবিক অময়ফাওবা,
অসুম্না কায়নবগী অরাবদি মক হনখবে।
কপ্না কপ্না অহিংদু তূমখি।

# খোঙ্ফম পূন্না চৎমিন্নবা তাই

অপনবশিং লাকই লাকখি,
কোয়শিন্ন প্রলয়গী মন্নোনোংহৌশিং,
        খোঙ্খাদনা লাববা মৈতালশিং,
        কবিগুন্না হৈথবক্লবা কোকথক্তা মৈবিশিং,
নোক্লা নোক্লা ইখূৎসিমক্লা,
চূশিনজবগা মৈ চাকচবা তাই।
        খোঙ্ফম পূন্না চৎমিন্নবা তাই।

কপ্পা-নোকপদা, নোংলৈ-নুংশিৎশিংদা,
শিনাইদ্রবা মশিং লাকঙমদ্রবা বলিদানশিংদা,
        লৈকোনশিংদা, মাঙ্ তাক্লবশিংদা
        ইকাই ফিকক খুম্নশিংদা, ইকাই খুম্নবিবশিংদা,
কোক হাইগত্তুনা, থবাক ফন্দোক্তুনা,
অরা-অনাশিংদুদা হিংজবা তাই!
        খোঙ্ফম পূন্না চৎমিন্নবা তাই।

অঙানবদা, অমম্বলক্তা,
ফজববা তোর্বান্দা, ঈচেনগী ঈমায়দা,
        ম্নাম্না তূক্কচবদা, ইচা নুংশিবদা,
        মিৎকূপকী মায়পাকপদা, কুইনা মায়থীবদা,
পুক্নিংগী চা কয়া গুইবা ফজবা
অনীংবা অপাম্বশিংবু মাঙহনবা তাই।
        খোঙ্ফম পূন্না চৎমিন্নবা তাই।

লৈয়ে মাঙ্দা মূৎনাইদ্রবা পান্দমগী লম্বী,
চাওখৎপা কুইববা, করম্না হৌখি করম্না লোইখি,
হৎবাউ মিনোক তম্ কয়াদা বানা শু-নোম্নিবা,
মহে মানবা, য়ান্দবা চপ্ মান্নে পূক্লিংগী অপাম্বা,
অরৈবা পূম্বা পীথোকপ্রগা খজিকফাওবা নিদে,
অমংবা নোং ওইবগা হৈথবক্লগনি পূল্লপ।
খোঙ্ফম পূন্না চৎমিন্নবা তাই।

কুশগী তিংখংতনা শেম-শাববা পূন্দি,
থোইদোক্লা নুংশিনবদগী লৌনম্বিবম্বা মথোৎ কাবকপা
অচীকপতনা পূম্লিল নিম্নবা মখুবোন,
অতোপ্পগীদমক কথোকপ্রবা ঐগী পূক্লিং হকচাং,
পূন্দিবু চামবক হন্না মৈদা কৎপদা,
চাকথেকপ্রগনি পূমতুম তুমপ্রগনি।
খোঙ্ফম পূন্না চৎমিন্নবা তাই।

# ঐ তুমিন্নসু লৈতে, ইশৈসু শক্তে

অয়ুক্তি, অদুবু কুপশিনখবে নোংপোক মায়কৈ নোংতনা,
লশিং মফোনগুম্না মশেন-মবাংদা মাইলগী নুঙ্ উখিদ্রে,
লেপ্লি খোঙ্ খঙ্লেপ,
মমখি খুঙ্গং পূম্মম্
পঙ্থবসু তৌদে লেঙ্-ওৎপগী মতৌসু
ঐ তুমিন্নসু লৈতে, ইশৈসু শক্তে।

মতমগী ঈংলবা স্ববনা খুইথহল্লি মহৈ-মবোংশিংবু,
অদুবু উন তাববুদি শীংনবিনে উপাল পবেং অমনা,
পূমচাই চাই উচেক মহম্না,
নোক্লি মোমোন চীড়গী পান্থীনা,
শিঙ্খদে পিবাংসু নোক্তে মোমোনসু,
উননা কুপ্না পাংপান্দা ইদোম ওংলি ইশৈ।
ঐ তুমিন্নসু লৈতে, ইশৈসু শক্তে।

# লাকও অমুক হন্না থাউমৈ থানগৎমিন্নবসি

নুমিৎ চপ য়ুংবদা মম্‌শিল্লকবা,
কোবৌহনবনা মমিদা মায়থীববা,
ফোঙদোক্লসি থম্মোয়নুংগী নুংশিবা, লাকও মৃৎপ্রবা দোসি চুখৎলসি,
লাকউ অমুক হন্না থাউমৈ থানগৎমিন্নবসি।

ঐখোয়না পনফম্বু খল্লি পম্বুংফম ওইনা,
মম্‌খবে পান্দমদি মিংমাঙ্‌দগী,
খুদক্কী শুমহৎলাংদা লাকদৌবিবা হয়েংবু কাউথোকনুসি,
লাকউ অমুক হন্না থাউমৈ থানগৎমিন্নবসি।

কংকদৌবা বাংলি আহুতি, যজ্ঞ মপূং ফাদ্রি,
কোয়শিনদ্রে ইশাগী মৈখায় থিনগাইবশিংনা,
অবোইবা মায়পাক্লবগী ব্রজ শানবা, অনৌবা দধীচিগী শক শীজিন্নসি,
লাকউ অমুক হন্না থাউমৈ থানগৎমিন্নবসি।

# পুন্সি সন্ধ্যা য়াচঙ্লক্লে

পুন্সি সন্ধ্যা য়াচঙ্লক্লে
চহী লোইবক্লে
লম্বী তেলক্লে
পুন্সি সন্ধ্যা য়াচঙ্লক্লে

ওনখবে অর্থ
কান্নদবে বাহৈ
শান্তি নত্তনদি নুংঙাইবা পূম্বা চাপোক্তবীগুম্লে

মঙ্লানশিংগী মকপ
চোইজাইনগ্রবা ইশৈ
লেপখবে খোঙ্ চপ্ অদুগা হঙ্গোইবে কংগ্রবা পুত্রি
পুন্সি সন্ধ্যা য়াচঙলক্লে।

শী আরগী মতমদা পুন্সিগী চহী ম.ঙ্খে মপুং কাবকপদা ইখিবা

# কবম্বা লম্বী চৎসিগে ঐ?

লমলোং মবি ফাংবদনা ফি মুম্বি,
খোঙ্‌মীনা সেনা চাখবে,
চৎসিবা অবোইবা খোঙ্‌চৎ গোম্বা তোক্লুনা অশাম্বা নৈতবনা ঐ?
কবম্বা লম্বী চৎসিগে ঐ?

মঙ্‌ কয়া মঙ্‌লম্মী অদুবু কায়খবে,
খুতুদদি খোইহী মবাং কায়না ফংবনি,
চোইজাইনবিবা নাম্পীশিং খোমজিন্সিবা নত্রগা নৌনা লৈশেমসিবা ঐ?
কবম্বা লম্বী চৎসিগে ঐ?

ফংলম্মী নোংমা নীনিদি শোংপা,
শেন মাঙ্‌বগী লম্লোন ইতিকসিদা,
মিৎকৃপ খুদিংগী হিসাব তৌসিবা নত্রগা লেমহৌবিবা শেলসি হুবানসিবা ঐ?
কবম্বা লম্বী চৎসিগে ঐ?

# শিববুদি নিজগনি

নিজখিদে ঐনা পোকপবুদি,
নিজগনি শিববুদি।

খঙ্ই কয়াবক হন্না হিংই,
খঙ্ই কয়াবক হন্না শি।
পোকপা শিবগী হক্কং-হন্দাদা ঐ,
কিবমদে অহানবদদি অসুক য়াম্না।

লোইনাদ্রবা অমম্বগী মঙালবু,
কয়া কুইনা অসুম থিদুনা লৈখিনি?
নিজখিদে ঐনা পোকপবুদি,
নিজগনি শিববুদি।

অঙাং ওইবকপা, মথোং কাবকপা, হনুবকপা,
চহী চা খবগী মনুংদা লোইশ্রদৌবা ৱারীনি।
হন্না-হন্না হিংবা, হন্না হন্না শিবা,
মসিবু তঙাইফদবরা নত্রগা অনীংববা?

নহাল মপোক্কী হান্না লৈবম্বা মফম
মালেমগী থোঙ্জিল পূজা তৌবা তাই।
নিজখিদে ঐনা পোকপবুদি,
নিজগনি শিববুদি।

# অশিবগা লাম্হেংনবে

লাম্হেংবে !
অশিবগা লাম্হেংনরে !

লাম্হেংনবগী অপাম্বদি ঐঙোন্দা লৈখিদে,
লমখায়দা ঊনসি রাশক্রখিবসু লৈখিদে,
লম্বীগা থিংদুনা মহাক্লা লেপ্লম্মী,
পুন্সিদগী হেন্না হেক চাউবগুম্মী।

শিবগী চহীসিনা কয়া ? মিংকূপ অহুমসু ফাদে,
পুন্সিগী খোঙ্‌চৎসিসু, ঙসি ঙবাংখক্তেদগী নত্তে,
ঐ হিংনিংবমখৈ হিংলে, ঐ শিবসিবা খল্লে,
অমুক হল্লকখিগনি, খোঙ্‌শানখিবদা করি কিকনি ?

নঙ্ নখোঙ্ খুনিং কাঙ্‌ল, লাক্কনু লোয়্না-থূপ্না,
মাঙ্‌দা লান্দাবকউ, অদুগা ঐগা' চাংয়েংনসি।
অশিববু খল্লুদনা চৎলিবনি পুন্সি খোঙ্‌চৎসি,
নুমিদাংবাই খুদিং শংবায়ে, অহিংদনা বাঁশীগী স্বর,

রাফম অসিমক্তী নত্তে ঐ কবিমতা রাদে হায়বদি,
অরাবদি ঐগী-মীগী লৈতে কবিসু ময়েং তাবা।
ফংখি ঐনা অতোপ্পশিংদগী অসুক্কী মতিক নুংশিবা,
রাৎপদি নত্তে ঐগী মায়কৈদগী রাকৎ লাকপদি,
শীঙ্‌নবকপা খুদিংমক ঐনা মায়োক্রে ইখূৎ অনী চঙনা,
নোংলৈ নুংশিৎ মবক্তা চুখৎচৈ মৃৎগ্রবা থাউমৈবু,

ঙসিদি শিংলক্লে কল্লবা নোংলৈ নুংশিং,
ওইখবে হিসু কল্লবা ঈবৈদা মীথুং,
অদুবু লৈবি থৌনাদি ঈপাক ঝাংমা লাম্নবা,
উকব্বগা নোংলৈ নুংশিংকী অশাউবা শাউখবে হিসু,
অশিবগা লাম্ছেংনবে।

হকচাং য়াম্না নুংঙাইরকপগী মনুংদা নু বোর্ডা ইখিবা

# পুন্সিদি অসুম হৌখি

ঙসি ঙবাং হয়েং তৌদুনা
চংখবে খুত্তগী নাম্বোক্তুনা লোইনা,
হৌখিবা ওইবক্কদৌবগী অৱাবা বাখন্দা
খুদক্কী ওইবা পোম্বাসু মায়থীবে,

ভাকশেল্লুবগী কান্নবা কবিসু লৈতবে
অমৃতগী চফুদি য়ুদুনা লোইখবে।
পুন্সিদি অসুম হৌখবে।

অমাঙ্-অতোংগী ফালাদা
ওন্দুনা পুন্সি লল্লোনবা ওইখবে,
মস্তিক্রবক্রে পোৎ য়োল্লিবা মীগা
কবিমতা য়োলহৌদনা অবেম্বদা তাবে,

ইদোম হন্দোক্লম কৈথেন্সিদা
হয়খবে অমমমতা ওইনা নুংশিববা মকপশিং।
পুন্সিদি অসুম হৌখবে।

---

লোক ১৯৬০ মপোক নুমিত্তা ইখিবা

# শঙ্গোমদা লৈত্রক্ চৎলে

ঈ অসি কবিগী ঙৌখিবা ?
খোয়বগী মবক্তা খোয়দবা মাঙ্‌খ্রে।
য়েনথোক্লখবে শহীদসু লেপখবে ঈশৈসু,
থবাক্তা হৈক্রাংনা থীনজিনখবে,
শঙ্গোমদা লৈত্রক চৎখবে।

লমুক্‌শিংদনা নোংমৈ হীদাক্কী মনম,
তৎখবে গুরুনানক্কী ছন্দ
কিকম তৌই সতলুজ তুবেল, চোকথবশ তৌই বিতস্তা তুবেল,
বসন্তদগী নুংঙাইবা চৎখবে,
শঙ্গোমদা লৈত্রক চৎখবে।

য়েক্রুজবে ঐনা ইশামক্কী ইমিগা,
লেংগোয়বে শক খঙদবগা,
ঐনা ইদোম শিজনবগী লম্বী, নত্রাক্রা ইমা লৈবাক্কীদমক
থবক ওইনবা হোৎনৈ, কায়খি হেক্তা,
শঙ্গোমদা লৈত্রক চৎখবে।

# ঐ ইশৈ শক্তে

মায়খুম উপত্রবা মায়থোঙ্নি,
দাগত্তি ফনা লুনা লৈরে,
লেপম্নবা মিত্রং, ওসিদি তশেংনমক অকিবা ওইরে,
ঐ ইশৈ শক্তে।

অসুম্না করিগুম্বা খবা উখিবল্মী,
চোইজাইনববা পীক্লিগুম শহ্বনা,
ইশামক্কী মেলাদা মরুপ অমফাওবা উনদবে,
ঐ ইশৈ শক্তে।

নঙ্গল লোমদনা ছুবিগুম থাবলনা,
বাহ্দি চৎখবে লৈই চোংদুনা,
মুক্তিংগী মীৎকুপশিংদা পীবি হন্না হন্না অথিংবা,
ঐ ইশৈ শক্তে।

# অথাঙ্গা মফমদা কনাগুম্বা অমা কপ্পি

হকচাংদনা ঙাক-শেল্লি, ঙাওচৎনবি পৃক্লিংনা,
ওইবি মকপ শুপ্নগী অচীকপনা,
কায়নখিবা য়াওববা কনাগুম্বগী ইমুং-মনুং,
মীকপুদি মতম পৃম্বদা মীনুংশি পোকই।

ইশোক নুমিৎকী কুম্মেদদি ঐখোয় চাউখোকচে,
অদুগা কবিগী শিবগী হবাউ-কুম্মেদি কবিগী তৌদ্রিবা,
পুন্সিগী অবোইবা খোঙ্চৎকী মতমদা,
শিবাং শিস্থবদি ফত্তবা ওই।

কপ্পী থম্মোয়নুংদদি, কপতে মিত্তদদি,
শৃদোক চামখোকম্রগনি, মঙ্ তমলগা,
লৌনম্মা থল্লবা মালেমসিদা শুপ্নতগী
মঙ্ অসিমক্লা অচুম্বা ওই।

হিংলিবা মহিং অসিদগীদি হেয়া ফৈ শিখিবনা,
কিহল্লক্লবা মতমদুদা লৈবক লৈবক খুদিংনা,
ঐসু কপ্লে অকোয়বদা লৈবিবা পৃম্বা মতমদুদা,
কদায়দসু কনা অমতা লৈতে।
অথাঙ্গা মফমদা কনাগুম্বা অমা কপ্পি।

“

মীদুনা অদুক্কী মতিক ময়াংলবা,
অসুক্কী মতিক নাইতোম তাই,
অকন্না পুন্না পুজে মশামক্রা,
মায়থোঙদদি নোকশিন্নবি মোমোন,
কপ্পি মপুক্লিংদদি।

তগাই ফদ্রিবদি অসিনি
ময়াংবগা লোয়ননা ওইববা পাক চাউবসু,
মদুদগী মীওইবনা
লৈথোক্লবা উকংগুম চপ্ লেপ্তুনা,
অতোপ্পশিংগা তোংন-তিন্নগনি,
কনাগুম্ববু লোয়নদুনা চংকনি,
কনাগুম্বগা পুন্নসু চংমিন্নগনি।

”

# হৢরানবা সিপাহী

হৢবানবা সিপাহী শান্নবদি য়াম্না শান্নে অঙাং ওইবিঙেদা,
চেন্নি-চোংই, মাঙ্দা-তুংদা খাঙ্ই থেংগাই খোংকায়নবা।

কনানা খঙ্বা ঙমগনি তশেংনমক হৢবানবা ওইবক্তনি,
কনানা খঙলমগনি হৢবানবনা হৢবানবগী ৱাদো য়া-য়া লাউগনি?

চহী অমদগী ৱাফম অমা খঙবা ঙমদনা লৈবকই,
ফাববনি অদুবু তুং অসুম ইন্নদুনা লৈবি সিপাহী।

ফাববদি থাদোকখবো, শান্নবা মথা চংথহল্লো,
অঙকপা শান্নবোইনি, মায়থীবগবু পোন্থাদগী চেন্নী।

শান্নবা তোকখবে পূন্নাঙ্ লাঙ্ই শান্নবুং,
হৢবানবনা হৢবানবা ওইদুনা লৈগনি, সিপাহীনা সিপাহী।

## অকংবা থাবল্লৈ

হায়য়ু চান্নবী। অহিংনা কদায়দা ?
অমম্বদা মাঙ্‌ম্ববা,
চহী অমদা অমুক্তনি উবিবা,
মায়থোঙ্‌দগী ফজবা;
মায়থোঙ্‌গী ফজবা
থবক লোইংগদৌবা বাংলি,
করিগুম্বদা লাইবক থীবা ওই
ইশিল্লি ৱাবীদি ওন্ন-তৈননা;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
অকংবা থাবল্লৈ;
বাজনীতিগী তাবেনে,
লাইবক্তা লৈত্রবদা।

# মন্ত্রীগী ফম মতমদুদা মায় পাকই

বসকী পার্মিট পীয়ু তাল্লরি,
ইনাও নুপাগী মমহাক্না;
পেট্রোল পম্প পীনবিয়ু,
অতোপ্পা অমনা হায়জররি;
অতোপ্পা অমনা হায়জররি,
অয়াবা পীবিবনা থবক ওইহল্লি;
শত্তুনাক চে অসিনা,
লাইবক্কী থোঙ্ হাংহল্লি;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
ইশা-ইচাগী মবীনা হেন্না কল্লি;
ঐগী কাঙ্বুনা কাংশুবী মপাক,
মন্ত্রীগী ফম মতমদুদা মায় পাকই।

# কার্ডকী মতিক মগুণ

পোষ্ট কার্ডতা য়ামখবে গুণ,
মতম পুম্বদা কার্ড থাদবিয়ু;
মমল য়ামদে থাদোক-থাজিন লায়,
মতম হায়বসি য়াম্না কল্লি;
মতম হায়বসি য়াম্না কল্লি,
চেকশিন্না চৎকদৌবনি ইচিন-ইনাওশা,
অচৌ-অচৌববশিংনা হূকামথোক্লক্লি,
য়েংউ সিপাহী মানবা,
হায়যু বন্দী কবিবায়,
কার্ডকী মতিক মগুণ মপূং ফাবে;
চেংয়েন্দা, লৈঙাক্তা, লুহোংবদা–
লায়থুঙ্দা কার্ড তঙাই ফদে।

# পুলিসনা শেন্নবদি তোক্তি

য়ুম য়ৌবে ঐখোয় মতুংদা,
পুলিসতি হান্নলা থৌরাং তৌরন্লে;
তু খ্যাও খ্যাও চুংই,
উই হবাউ তবামনা ওকলম্বা;
উই হবাও তবামনা ওকলম্বা,
অতোপ্পা ঐগী য়ুম অমদা;
হূই ফাওবগী মমিংসু,
চনখৎলম্লে বেজিষ্টাবদা;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়
পণ্ডিতশিং লাল থেংননবা ফি শেম্বা তাই;
জনসংঘদি নাম্ভোকম্রে, অদুগা পুলিস্তি
তুংইন্নবা তোকপা নৈতে।

## অমম্বসি কদৌঙৈ কোক্কনি ?

শ্মাং নাবনা অশুম হেনজিল্লক
অহিং চূক্লা মিং উইশিনবা য়াদে,
লৈবিবনি ওম্বমখৈ খাঙ্দুনা,
ইমার্জেন্সিগী অঙাওবা হূইশিং;
নর্সশিং তূম্নিংবনা মুল্লম্মী,
উইবম্মী সিপাহী পূম্বা;
কংলে খৌনাও খ্রক-খ্রক, অদুবু
হৌগংপা য়াদবগী লৈবম্মী অথিংবা;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
কয়াম য়াংলি অয়ুক ওইবক্কদৌবা?
থবায় অসি থাগদৌবে,
অমম্বসি কদৌঙৈ কোক্কনি?

## জেলগী খুদোং চাবশিং

শীরম্মী ডাক্তরবনা হীদাক,
শঙ্লম্মী থোঙ্ থোঙ্শঙ্বনা;
রেদ য়াওদনা কোকথোকই শিং নান্না,
শিং নান্নবা মায়থোঙ্;
শিং নান্নবা মায়থোঙ্,
সাপোন, থাউ শ্বাই মাঙ্খি;
ফংবা লৈতে পাউচে,
পাগদৌবি অনৌবা ব্বারেং;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
পুবকই কদায়দগী ফিশিংসে;
হোস্পিতালগী ফৈজুপ ইন্নফি,
লোত্তুনা থম্মী লোইনা নমশিন্দুনা।

# অশিন অবাংগী তাঙ্কক

অশিন অবাংগী মতাংনি,
পাউতাক্লি বাবাগী,
হাজোক্কী নুংশিংসু
পীবি পাউ অসি;
পীবি পাউ অসি,
চৈবাক্তিং চংলি অঙম্বগী,
হৃজ চংশা তাববা কবিগুম্বা,
ওক্লি আইন নুমিৎ খুদিংগী,
হায়য়ু বন্দী কবিবায়
চবাংনবদি লৈ অশিন অবাংগী,
তৌইগুম্বসুং পাঙ্গল উৎথোকই
ফংত্রবা লৈঙাক লোনগী।

আচার্য বিনোবানা শী আর শী মতমবু অশিল-অবাংগী মভাং কৌরম্মী।

## লৈঙাকপদা থৱায় থাবি

নোংশাগী অফবা মচাশিংবু শাৱং মনুংদা থমজিল্লগা,
সংসদ ভবন মনুংদনা লমহূইনা হূআ-হূআ খোংলি।
ৱানোম থৌনোম হৈবা মচাশিংগী চান্দীনা পূমলং লংই,
মবাল লৈত্রবা ইচঙ্‌ থৌবনা মকোক নোন্দুনা চংলি।
ইকাই খঙ্‌দবা, মীনুংশি লৈতবনা পান্দমফমদা পান্দমল,
শাদানবগা মান্ননা উচেকশিংগী থৱায় লৌবি।
মীয়ামগী ইকায় খুম্নববু থাদেক্লগা, মীয়ামগী শাসন্দুনা চৎম মেৎলি।
থৌশিল থৌবাং চখবি অদুবু লৈঙাকপদা থৱায় থাবি।

## কৌরগা নঙবু থেমজিনজবি

অতিয়াদনা কয়াদা মবাঙ কায়খ্রবা বিজলী,
যুমদনা কয়াদা বাংখ্রবা বিজলী,
উংউ অদুম তেলিফোন্দী,
থোইদোক্না লোমা থুপ্না।

উনতনা কুপ্লবা চীংশাং পবেংশিং,
তুবেল, ঈশিং চাইবী উমং,
জগোয় শাবীশিংগী লৈবাক,
য়িংকুপ খুদিং হাই-হুন্নি লাই নুপাশিং।

ইশং-শংলা লৈবাক হুবাই, উপালথক্তা
লৈবি য়াম্বুদুনা অকংবা উহৈশিং,
কনক্রক য়াওরবা অশৌবা ঈশিং,
মাঙ্খ্রবা মণিবু থিশিবা।

পাম্বোম অনী তিংথোক্না,
কৌবগা নঙবু থেমজিনজবি,
লম্মৈনুংদা নায়িবা নুংশিংকুম
মনম চেল্লবা, মরুপ, থেমজিনজবি।

# অমরনি গণতন্ত্র

কোনুংগী লম্বীদনা মীয়াম্না কৃক কৃক, মীয়ামগী লম্বীদনা পূমহাঙ্,
লাম্মী পলটনশিংগী মার্চ-পাস্তনা, হেনগ্রে লাঙ্বা শকক অনী।
অবাঙ্বা মবক্তা ত্তিনম্ববা, নীংতম্বগী খোঞ্জেল,
খোঞ্জেল খোক্ত্রে, কলম চক্ত্রে, মীয়াম ইন্নবগী অকিবনা।
অকিবগী মশক ওইববা মীয়াম, মীয়ামগী হক মৎশীববা,
লোল্লিনম্ববা অচুম্বা বায়েলগী খোঙ্, শক্তিবু ইকাই খুম্নবীদ্রবা।
মীয়ামগীনা মবায় চায়থবকপা, মী অমগী ওইনা মায় পাক্লকপা
নীংতম্বগী মঙ্লান্না কপ্পি বাবী তুবেল তোর্ব্বান্দা।

ঈগী পিবাং শিম্নুনবা লঙ্তক্কবিবা গণতন্ত্র,
অচাউবম্না নৈহৎশীববা মুক্তিগী য়াইফববা মন্ত্র।
নুমিৎ অসিগীদমক ইপা-ইপুশিংনা থবায় কৎখিব্রা?
পুবোন কযানা লাম্থেংনখি, চহী চা কয়া মৈনা ঈকজখি।
নীংতম্বগী অনীশুবা লাম্থেংননবগী হৌববা লাল্লাও,
হোলিকাগী থৌদোক অমুক খোকহনবা পাম্নি প্রহলাদনা।
অমবানি গণতন্ত্র, হাংলনি কৈশুমশঙ্গী খোঙ্,
অমৃতগী মচানি, হূদা মায়থীবা ওইথোক্কনি থাজদে।

বিশান্ত্রিক দে, ১৯৭৫

# ঙাকপীনবা হায়জবা

ঙাকপীয়ু বাপূ! নহাক্না ঐখোয়বু,
নয়াথং ঙাকঙমদবগী মরাল লৈরবনি,
রাজঘাটপু ওইহল্লে শেংদবা মফম,
লমথুং কাউখবে খোঙ্‌চৎনা তংখাই।

জয়প্রকাশজী! থমবীয়ু থাজবা,
শাগৎকনি কায়খ্রবা মঙ্গলান।
কূগী উৎকী মৈবিকনা,
থুগাইগনি অমমবগী লানবন।

# ফম্না লাকশিন্দুনা পুল্লে

অহানবদা থোঙ্ঙাকপা ওইবম্মী,
            হৌজিকসু অদুম থোঙ্ঙাকপা;
মতমদুদা পীশুমকা শুকতোক্লম্মী,
            হৌজিক্লা অমুক কোক নোন্দুনা লৈবে;
হৌজিক্লা অমুক কোক নোন্দুনা লৈবে,
            মতমগী মতুংইন্না মশাবু কখোকলি,
ফত্তবা তৌবশিং অদুম্ কনা,
            মখোয়না অমুক শাবি অফবা;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
            অমুক হন্না অপূনবদুনা লাকশিল্লবা,
অহানবদনা নাপলনা অদুগা হৌজিক্লা,
            ফমনা লাকশিন্দুনা পুল্লে।

---
বিদেশমত্রি ওইরম্মী মতুংদা ছিন

# খূৎ নোইদুনা

কংজয়ে ইবৈবাক্তংগী তাম্মোকপীবা,
ফোবেন মন্ত্রালয়দা;
কূটনীতিগী খূৎলাইনি,
য়াথং, মীৎ, অদুগা লাম্মী;
য়াথং, মীৎ অদুগা লাম্মী,
ছুবী তিংখঙ্সু শীজিন্নৈ;
খূৎ শোক্কে অহানবমক্তংদা,
অদুগা মতুংদা খূৎ নোই,
হায়য়ু বন্দী কবিরায়,
লানবা তাববা চোংদুনা সমুদ্র তবেং;
অদুবু অহানবদা শক্তিং,
থন্না তাই খোমজিন্দুনা য়ুমগী মনুংদা।

# ন্যু য়োর্ক

মঙ্লৈবাক উবা ফংলে,
মিত্রংগী অহিংদা;
অতিয়া খেংনা বাংই,
মালেম লৈমগী ববনা,
মালেম লৈমগী ববনা,
শক চু তক তনানহল্ল;
নুংঙাইবগী সমুদ্রদা,
লুপ্প্রবা পূক্লিংবু কনজহৌ;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
য়োঙ্খোকশিবা পুল্লিসি মফমসিদা;
অবং-অবাকসিদা লোৎলিবা,
লায়ববা, চমোৎনবা মফমসিদা।

# মখোঙ্ মরি পানবা অনী

লৈফমসু অদুগী অদু
কাসু অদুগী অদু
থোঙ্নাওসু অদুগী অদু
থোঙ্ঙাকপসু অদুগী অদু

নিংথৌ শিল্লে
লুহপ শিল্লে
অদুবু তৌখ্রি
সমাজ ওনবদি

## য়েখিগদরা লালগী পুং

দিল্লীগী দববাবদা
খুৎকপ্লি কৌববনা;
লোকতন্ত্রগী দ্রৌপদী,
কপজি পিবাং শিম্বুদুনা;
কপজি পিবাং শিম্বুদুনা,
লৈতে কনা কনবিনবা;
অনৌবা ভীষ্ম, দ্রোনশিংনা
লোনশিনম্লে মচিন্দা শো;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
য়েখিগদ্রা লালগী পুং;
মীয়াম কোটি কোটি
লৈববোই মীনাইনুপী ওইদুনা।

## চৈনা

হাঙ্গলে কাখুদু পূমহাঙ
চৈনানা শকক অনী
হাবিনোংনাংগী খোজেল্লা
খিন্দংলে থম্মোয়নুং

থিংজিনখরে অতিয়া
যুল্লে শ্বব পূমযুল

# পাপকী চফু থক্লে

কৃষ্ণ পোকখিবা মফমদুদা,
মফমদুদা ফংই খুদোংচাবা;
ঙাক-শেল্লি মতম পূম্বদা,
চৎথৈ ওৎ-নৈবগী থবক;
চৎথৈ ওৎ-নৈবগী থবক;
পাপকী চফু থক্লে;
ফত্তবা তৌবসি মফমসিদা
শি কংসগী মীশিদা;
হায়যু বন্দী কবিবায়,
ধর্মবু মাঙ্হল-তাকহল্লি;
অদুনা ভারত্তা মতম পূম্বদা,
মহাভাবত থোকহল্লি।

শ্রীকৃষ্ণ জেলদা পোকখি। কবিনু মতমসিদা জেলদা যাওঁ ওইহৌরি (কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্তা ইখিবা)

# ফাজিনখরে বঙ্গলোরদা

ফাজিনখরে বঙ্গলোরদা,
অভবানীগা লোয়ননা;
নুমিৎ চুপ্না থানাদা লৈরে,
ওইখরে শক-চু অৱাবা;
ওইখবে শক-চু অৱাবা,
শ্যাম বাবুনা ঙাঙ্-শকই;
'ফাবনি নোংঙাম্লকপদা,
থাজিনম্ৰিববা হৌজিকফাওবা জেলদা?'
হায়ৱু বন্দী কবিবায়,
থায়নগী মন্ত্রী তাবেনে,
লৈহৌরে ঐখোয়না তোৰ্ক্বদা,
মিশ্ৰজীনা কুমথখবে অকৱদা।

## লাঙ্‌তক্লবগী অহিং

লাঙ্‌তক্লবগী অহিং,
নুংঙাইতে অয়ুক ফাওবা;
কোয়শিনখরে মন্না নোংহৌনা,
শকখিদরে উচেক অমফাওবা ইশৈ;
হকচাংনা পূমলূম পূক্লিংনা বাবা,
নুংঙাইতে অয়ুক ফাওবা;
হবাউনবি পূম্নমক মশাখক্কিদা,
খঙ্‌নদে অতোপ্পগী অবাবা;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
অবাবা মতম লাক্কদৌবি;
লৈবনি অসুম্না অসুম,
তাইবং মপুনা থম্নীবদুদা।

# হোসপিতাল নীংশিংদুনা লৈরনি

তিন্নবা, শীজিন্নবা, থবক হায়গী
তাখরে নৈনবা ময়াম;
অনাবনা মতম পূম্বদা ইশরুক,
হাংলি জেলগী থোঙ্জাও;
হাংলি জেলগী থোঙ্জাও,
তৌই অসুম্বা শীর্ষাসন;
ওন্ন-তৈনরে সংসাব অসি,
হাইবা হৌবক্লে সিংহাসন;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
মমল লৌদবা মালিশ তাঙ্ই;
বঙ্গবোলগী হোসপিতাল
লৈরনি অসুম নীংশিংদুনা।

## বিজয়াদশমী

কাখৎলগা মথোল তরাদগী,
য়েংই রাবণ মৈনা চাকপা,
চহী কয়াদগী মৈ চাক্লক্লবসু ---
অতংপা লৈতনা হেনগৎলক্লি পাপ্তি।

রাম্মা লালঙম্বগী বারী থায়নগীনি,
অদুবু চথরি লাম্দি অদুম,
নিংথৌ খুভমগীদমক অযোধ্যা
উং ওলহন্নবগী পান্দমনি।

ইমাগী নুংশিবনা সমাজবু ---
অমুক্ক খুদোংথীবদা তাহল্লে,
থৌওইনবক্তে অচুম্বা বায়েলবু,
যৎজবে ধর্মনা মরৈবাক্তগী তাম্থোকপীবা

ভারতবাসী কোটি কয়া কয়ানা
লৈখিগদরা ভাবোক ওইদুনা?
করিসু লৈত্রবা শক্তি খরদা ---
লৈখিনি কয়া কুইনা মুক্লদুনা ?

# দীৱালী

অথাপ্‌পদা দীৱালী,
ইনাত্তুনা অমম্বা,
চেকপন মরিনা,
পূমকোয় কোয়শিনবা,

কোকনখি লায়ববা,
তৌনখি লক্ষ্মী পূজা;
তুখবে খাংপোক্তি,
অনৌবা য়াওন্দা;

কোয়শিল্লি থাশিনা
মূংখরে থাউমৈদি,
লাইবক নৈতে,
ফজবদি মাঙ্‌ল্লে।

# ময়ূমদনা মীনাইনুবী

ওইহন্নবা চংলি মালেমগী লোল অদুগা,
ওইবি মীনাইনুবী ময়ূমদনা;
তাঙ্‌খন্দনা ঙাম্লোইরি অংগ্রেজীনা,
উরগা নোক্করি মালেমগী মীয়াম্না;
উরগা নোক্করি মালেমগী মীয়াম্না,
ওইরি চপরাসী হিন্দী ঙাঙ্‌খদিংনা;
ওফিসাব পুন্থনা অংগ্রেজগুমই,
অবধী নত্রগা মদ্রাজী ঙাঙ্‌বনা;
হায়য়ু বন্দী কবিরায়,
থাদোকশিবা মালেমগী খল্লিবা বাখল;
অহানবদা ইয়ূমদা
থুগায়য়ু অংগ্রেজীগী লানবন !

# পৃথিবীগী হিন্দী সম্মেলন

পোর্ট লুই[1]গী হিথাংকমদা,
অনৌবা ভীর্থ চৎপশিংগী মীয়াম;
চেঙ্, থোইদিং, যুবী,
লূরবা গজাগী ঈশিং,
লূরবা গজাগী ঈশিং,
চন্দন অতকপা তৈবদুনা;
ভৈয়াজী[1]না অতোপ্পশিং
গীস্ শরুক পূম্বা লোইশিনখ্রে;
হায়য়ু বন্দী কবিবায়,
ওইসনু মায় পাকপা শিব সাগরজী,
খুকমজরি ভগবতী[3] মিৎশেল খঙ্লিবী,
খুরুমজবি লৈতেং মাওত্রবা নাগরজী[4] !

১। মোরিসসকী কোনুং, ২। পং শ্রীনারায়ন চতুর্বেদী, ৩। শ্রীভগবতী চরন বর্ম, ৪। শ্রী অমৃত লাল নাগর

# নিল্লে হিন্দীনা মালেমদা

নিল্লে হিন্দীনা মালেমদা,
ওইবে মঙ্ মঙ্ফাওনবা;
রাষ্ট্র সংঘগী ফমবাক্তা,
হিন্দীগী মায় পাকপগী খোল্লাও;
হিন্দীগী মায় পাকপগী খোল্লাও,
ভাবতনা হিন্দীদা ঙাঙ্লে;
উরগা মশাগী লোলবু নুংশিজবা,
মালেম্মা ওকপনা পূমলাঙ্ লাঙ্ই;
হায়য়ু বন্দী কবিরায়,
মেমগী নমথাক কায়খরে;
ভাবত ইমা লাইবক ফৈ,
নুংশিবগী তুবেল নমখায়বল্লে।

---

বিদেশ মন্ত্রী ওইরিঙৈদা সংযুক্ত রাষ্ট্রসংঘগী অধিবেশনদা ওক্তোবর ১৯৭৭ তা হিন্দী লোলদা ঙাংখিবা তাকনগী মতুংদা ইখিবা।

“

লাল থোকহল্লোই ঐখোয়না !
বিশ্ব শান্তিগী হোংনবিবনি ঐখোয়, লাল থোকহল্লোই !

কদৌনুংদা অমুক হন্না লবুক্তা ঈগী লৈহাউ চেলহল্লোই,
লৌ-ইংখোলশিংদা অশিবগী মহৈ-মবোং পালহল্লোই,
অতিয়াদগী কবিগুরুদা অমুক হন্না ভাঙ্লক্লবোই অয়াকপা য়াঙাঙ্,
এতোম্মা অমুক হন্না চাক্লবোই নাগাসাকী,
লাল তৌনদবা মালেম ওইহন্নবগী মঙ্ কায়হল্লোই।
লাল থোকহল্লোই।

”

# কবি ঙসিদি তায় ঈশৈদো

কবি ঙসিদি তায় ঈশৈদো,
অদুদগী পাঙ্লে উইথবক্সা মীৎসে,
শিংজি-নাওবি পূম্বদা পুজি ঈহৌবক্লে,
হক্চাং পূম্বদা ঈহৌরক্লে কল্ল পূক্লিংগী অপাম্বা।
লীপুনশিংসি কুইববা লীপুন্নি
নোংমদোল পক্লবা অতেক-অকায়গী থৌজাল
ঐখোয় ময়াম পুন্নগা হবাউ নুংঙাইমিন্নসি,
কোকখ্রসনু থম্মোয়গী অবাবা অকিবা পূম্বা।

মসিগী চাক্লাম্বা খুৎলামসিদি অচুম্বা মাঙ্হনবনি
কোকখ্রসনু পূক্লিদমক হিংবা পুজিসিদা।
লাক্লবনি ঐখোয় চহী কয়াদগী কপ্পুনতা
হৌজিক্তি ওইবসনু পুজিসিদা অওনবা।

কপ্পা-কপ্পা লাউবা অবাবগী খোল্লাউ অদুগা,
অবাবতগা মতম কুইনা শক খঙনবক্লবা।
মিৎকুপ খবদংদি থাপ্পা চৎখ্রসনু,
মসি চহী কয়াদগী তাক্সিঞ্জবকপা অবাবনি।

ঐখোয় ৱাদুনা লোইখ্রবনি পুজিসিদা,
হৌজিক্তি অমুক লাঙ্হল্লনি শোকখায়হল্লগা।
ঐখোয়সে মুং-মুং চাক্লিবা মৈতালনি,
হৌজিক্তি কবিগুম্বা খরা তৌদুনা উহল্লগনি।

ইশা! ঐখোয়মকী শরূ মথন্তা
শাজিনখরে ফত্তবশিংসিনা ফূরা-দলাল।
ইতং-তত্তনা ঐখোয়বু তম্ল-তম্লগা,
হাই-হুম্না মরল মথুম পৈশিল্লি।

তল-তলগী মচেং অদুখক্কী,
কপ্ল-কপ্লগা নুংশিববা ইচানা শিবি।
অসুম্না ময়াই কাববা ফত্তবশিংসিনা,
মুন-মুন্দুনা লৌরগা ময়ুম মকৈ থলহল্লি।

মাঙহল্লে ইকাই খুম্মবসু, (ম্ন)
মুনবিখরে ইকাই খুম্মবা চাউথোকচবসু,
পোক্লরি মপোকসিদা কদৌনবা,
পোক্লবগসু ফংলববা করিগুম্বা খবা ?

কপ্পা, চাদদুনা শিবা, খুদোংথীবা নংবা,
পূম্মকসিবু ঐখোয়গী পুন্সিবা?
ঐখোয় অমকপা লৈত্রবা সংসাবসিদা পোকপনি,
অদুগা অমুক মসিনা কবম্বা অফা-অপুন?

মীওইবনা মপু ওইবে অদুগা ---
মীওইবমক্লা মীনাই ওইবি মহাক্কী।
কনামক্লা শেম্লকইবা নিয়মনো সিবু,
অসিগুম্বা মাথং অসিমক্লা কনাগী ?

পূম্মক অমকপা লৈত্রবা মফমসিদা পোকপনি,
অদুগা অশিবা হায়বদুদি ফংগনি পূম্মক্লা।
অদুগা অমুক মসিনা করম্বা মখলগী লীপূম্নো মদুদা,
মীওইববু শাদ-শাদৌনা পুন্সিনগদৌবিবা ?

ইহে ! ঐখোয়গী মৈরি পুন্নমক্লা ---
থদংলগনি অপুনবা পুন্নমক মতং-মতং।
নৈহংশীববা শুদংশীরবশিংগী থম্মোয়দা,
পোক্লবোই হৌজিক্তি থম্মোয়দা অবাবা অমতা।

ওসিদি ঐখোয় ময়াই কারবনি থম্মোয় ঈহৌগী—
যু থক্তুনা ময়াই কারবনি।
পুন্নমক্তা ঐখোয়না নুংঙাইবনা থলহল্লগনি,
মৈবিনা চাক্লু ববশিংবু।।

হো কবি! নঙসু খোল্লেলগী ঈথক ঈপোম্না,
ওসিদি মৈদা আহুতি কংখোক্লো।
অদুগা অথুবা মতমদা মৈ ব্রং-ব্রং হৌবসি ঐখোয়,
থম্মোয়গী তাবাবু মখোল থোকহল্লসি।

বালিয়রগী বিক্টোরিয়া কোলেজিএল হান্দকুগী কোলেজগী মেগাজিন্দা শোক ১৯৩৯ দা কোন্ডখিবা কবিতানি। অটলগী মতমদুনা ক্লাস নাইনগী ছাত্র ওইরম্মী।

"

চেল্লিমথৈ গঙ্গাগী ঈচেললনা,

সমুদ্রদা ঈথক

মৈদা মৈচাক,

লৈবিঙে নুমিত্তা মৈশা,

নীংতম লালগী ফম্বাক্তা

কংথোক্তনি

মশীং লাকওমদ্রবা থবায়,

নহা অমফাওবা খাক্তনা।

"

# ববলীগী দিব্বালী

ববলী লৌলী হূই অনী,
হূই নত্তে শান্নপোৎ অনী,
শাংল-শাংলবা মতু শানবা,
খজাইনা নোয়না কুত্তক তৌবা।
শাবান্না শিক্তক, মবমচৎনা ফত্তবা
শক খঙ্দবা উরগা য়াম্না শাওবা,
চেন্নুবে খুদোং থীবা ওই,
মচিন্না থুনমক খোংগ্রাওদা লাকই।
চেনগনো, লেপ্লো অদুম লেপ্লো,
ঙাইহাক্তং খোঙ্গনী গৌ-গৌ।
কি অদুনা মানা কিহল্লিবনি,
মনম সুৎ-সুৎ নম্লগা হবাউজবনি।
মখোয়না খজিক্তা ওইব্রবসু নুংশিবা পাম্মী,
মিৎয়েংদা থাজ নুংশিবা পাম্মী,
তম্পাক্তা অমুক কাখৎলগা কুম্লবনি,
হবাউদুনা অমুক খোঙ্দা য়েৎলবনি।
মখোঙ্ তিংথোক্নুনা ফমুংদা হীপ্পী,
অদুগা থাংথকরবসু মখোয় অনী পুন্না কপ্পী,
অদুবু তূপ্পদি ই-শি-শিনা খক তূমদে,
থোঙ্ঙাকপদি মবুক য়াম্না শেংই।
কবিগুম্বদা শোং-প্রেক হেক লাউববা
চোংই, চেপ্পী, অমা হেক্তা লাকই,

---

লৌলী অমসুং ববলী অমোকপা হূইশিংনী মমিংনি।

ফি অপাবনা ঢকন হাপ্পা থাউমৈ, ঈশিং চফু থুগায়,
ফাবগা উচিদু মঙক লৈথৎলি।
হৌদোংগা য়েক্লবদি আ... থায়নদগীনি,
মহাক্না নিজবিবসি মহাক্তবু ফাবসিনি,
অদুবু হৌদোংদি য়াম্না হৈ-শিংই ফত্ত-লৌশিংদা,
অদুমক্না ওইবিবনি নোংশাগী মবোক,
অসুম্না য়াম্না য়াঙ্না কোয়চেন চেল্লি,
ঙমখিদে হূইশিংনা হৌদোংবু তান্নদুনা ফাবা।
ববলীনা মমানি লৌলীনা মাগী মচানি,
মমাদি ইচম চম্মী মচাদি য়াম্না ফজ্ঞে,
অদুবু মখোয় অনী য়াম্না নুংশিনৈ,
নুংশিবসু যাম্না নুংশিনৈ চীকসু য়াম্না চীক্লে।
খৎনৈ মীদ-মীগুম্না মখোয় অনী,
কবিগুম্বা শাউনবক্লবদি শাদা শানী,
লৌলীদি লৈখোম লৈনাং য়াম্না পামজে,
কায়দবদা বাসন্তীবু ঈকজহল্লি।
ওন-থোইদুনা শান্নে অয়াম্বা মতমদা,
অদুগা চোংখৎলি চেল্লক্লগা ফমুংদা,
ববলী য়াম্না হৈ-শিংই মশা য়াম্না খিঙই,
অদুগা লৌলীনা পঙ্সু-পঙ্ই য়াম্নসু তল্লি।
কবিগুম্বা য়ুমথক্তা কাক্না তোংলবদি,
ববলীদি য়াম্না কিজৈ,
পূম্নাঙ্ লাঙ্ই গৌ-গৌ খোংদুনা,
পূম্নাঙ্-লাঙ্ই লৈফম চাফম খঙ্দে।
কাক্তুনা হেক পাইখিদ্রিবা ফাওবদি,
ববলী মথরায় শুকনুং নুংঙাইবা লৈতে,
বম্মুলা থাবদি মহাক য়াম্না কিজৈ,
চেনশিন্দুনা হেক্তা লোৎখি কাংখদা।
অসুম্না দিব্রালী অমা থোকখি,
মদুদা ববলীনা কোয়চেন চেন্দুনা খাঙ্খি,
চেনখি অঙাওবগুম্না য়ুমদগী,
মবী-মতা থদৎলম, নুংশিনবা থাদোক্লম।

থেংনদুনা লম্বীদা পূকচেল চাউবা নুপা অমনা,
পুদুনা চৎখবে মোটোব গাডীদা হাপ্লগা,
মহাক্না পুলিস্তা রিপোর্ট তৌবে,
পাউ চেশিংদসু পাউ ফোঙদোক্লে।
লৈহৌবে লৌমী মতোমতা নুংঙাইতনা,
কনাগা চীক্লগনি কনাগা শাম্নগনি,
ইখঙ্-খঙ্হৌদনা তেলিফোন বিং খিঙ্লক্লে
পূকচেল চাউবদুনা অশোমদগী ফোন তৌবক্লে।
কবিগুম্বা হূইকা মাঙ্খি-লাকখি য়াওব্রা?
মচুনা কবিনো, মশক মওং কমদৌবগে?
ববলীগী মশক মওং লোইনা হায়বে,
মচুসু তাক্লে, মবমচৎ মওং শন্দোক্লা তাক্লে।
হায়বকই অদোম যাম্না থুনা লেঙ্বিবকউ,
য়াম্না লাঙ্তক্লবে থৌজানবিদুনা খবা থুনা।
হেক লাকপদগী লৈবে অসুম কপ্পুনা,
চাবসু চাদা, তূম্বসু তূমদবে।
মোটোব তোংলগা য়াম্না য়াঙ্না থৌবে,
যেংলমদে ঐ মাঙ্-তুংদা হন্না,
থৌবে মখোযনা তাক্লকপা মফম,
য়ূমগী থোংঙ্গী বটন অদু নমলে,
ববলীগী খোঞ্জেল অদু তাবে,
হাংদোক্লক্লে থোং মাঙ্দা লেপ্লবে।
অঙাওবগুম মশাদু শুপচিল্লপ শুপচিল্লপ তৌনা
মিৎকূপ অমলোম চপ লেপ্লম্মী, অদগা চংলক্লগা যেংলবে,
য়ূমদা হবাউ নুংঙাইবনা মথুম-মবাং হৌদ্রে,
দিব্রালী অমুক হন্না লাকপগুমখবে,
অদুবু মৈকাপ্পী বম্বুলদি অমুক হন্না থাববোই
হূই লোইয়ো নুংশিববা ইচিল ইনাওশা।

□□□



রাজনীতিগী অটলজীগী কাব্যগী মমকী ইচেল্লা অপনবা শীনকসু থৌরাংজনুং কারনা মহাক্কী রাজনীতিদু মীনুংশিনা লৈতেংই। অনীগী মিতকপি য়েংবা, চায়রেংনবগী মহাক্কী মিংচোং তশেংনা লেংই। অনিমসু নত্তে সাহিত্যসু অমাংবা থাক কাওবনা থুমব চম্পূনা থম্লবা শিনমীগী খুৎলাইনি হায়বনা থাজি। মহাক্না হায়: "সাহিত্য অমসুং রাজনীতিগী তোঙান তোঙানবা মফম লৈতে। ...কবিগুম্বা কনাগুম্বা সাহিত্যকার অমনা রাজনীতি তৌরবদি মহাক থোইদোক হেন্দোক্লা। অশেংবা অকবা ওইগনি। কবিগুম্বা কনাগুম্বা কবি অমনা নিরেন্তর ওইরবদি মরাল লৈতবশিংগী ঈনা মহাক্কী খুৎ শংজিল্লোয়।"

কবি প্রধানমন্ত্রী অটল বিহারী বাজপেয়ীজীগী খনগৎলবা কবিতাশিং অমসুং মহাক্কী মতিক-মগুণদা পাক শন্না ইরিবা অসি অহিবা মনিং চৎলাবা সম্পাদক কৈহোলালাল নন্দনা হিন্দীদা অমসুং মণিপুরীদা এস নন্দকিশোর সিংহনা হন্দোকচবনি।